কোংজবী :—

বীনোদিনী দেবী

শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই, ইম্ফাল।



অহানবা খুৎনম ১৯৮৫ ইং।

কোপী—১১০০

অনিশুবা খুৎনম ১৯৮৭ ইং।

কোপী—১১০০

নম্ফম :— এস, আই প্রিন্টিং ৱার্কস,

শিংজমৈ সাপম লৈকাই, ইম্ফাল।

# বাহৌদোক

অহল-লমনগী পাওরৌ, প্রমান পাম্থৈ চিঙ্খাং-য়ৈনা লৈবা খরা অসিবু খোমজিন তাশিনজদুনা লাইরিক অমা ওইনা ইথোকচবগী মরমদি তুংগী হৌরক্লিবা অইবা-অইবী অমসুং অশৈব-অশৈবীশিংগী সাহিত্যগী লৈচন শেম্বদা খরদং মতেং ওইগদ্রা নিংদুনা থমজবনি। চিঙ্খাং-য়ৈনা লৈবা ৱাহৈশিং অসি চোয়খোম খোমজিন-তাশিনজবদা লোইবা খঙ্বা নাইদবা ( মৈতৈ লোননি ) ৱাকমনি। কনাগুম্বনা ৱাহৈশিং অসি মরক-মরক্তা খরদং মফম চানা শিঞ্জিন্নরকপদা অথওবা অতাবা মীনা মুংঙাইজে-হরাওজে। করিগুম্বা অহাওবা পোৎ চাবদা মগুন অমসুং রস হাপ্নগুম্বনি। ৱাহৈ খরা য়াওরিবা মওং তাদবা অসি থমজিনহৌদ্রগদি অকাও-পরে ওইথিগদ্রা নিংদুনা থমজবনি। অহৈ-অশিংনা য়ানিংদবা কয়া য়াওরম্বা য়াই। অহল-লমন, ওজাশিং, মরুপ-মপাংশিংনা অশোয়-অঙাম, অরান-অচুই তাকপীরকপা পুন্নমক হরাওনা মতুংদা চুমথোকচগনি। স্বর অমসুং ব্যঞ্জনগী শরুক খরা ALPHABETICAL মওংদা থমজবনি। ৱাহৈ খরা লৌথোকখ্রে অমসুং খরা হাপচিঞ্জরে। কয়া পাংদনা হোৎনজবনি। লাইরিকশিং অহানবা, অনিওবা অমসুং অহুমগুবগী চাওরাকনা অপুনবা ৱাহৈ পরেং স্বর অমসুং ব্যঞ্জনগী মশীং ১৫৩৮ নি। মথং হোৎনজখিগনি।

অহল-লমন পাওরৌ, (পাওতাক) প্রমান পাম্থৈ মীওইবা হিংনবগী শিদ হিদাকুম্বনি। অব-মৃতু চত্তবনি হায়নৈ। ৱাহৈশিং

অসিনা তুংলমচংকী অফবা কান্নবা খরদং ফংগত্রা নিংহ্নুনা হোৎন-জবনি। নৈন্ন-নৈন্ন অমৃত ফংবনি হায়নৈ। পাওন্নৌ, লাইন্নিকসি নহারোল খন্ননা লাইন্নিক য়োনফমদা হুংবদা অহুগুম্বা লাইন্নিক লৈতে হায়বা তাবদগী ইবা হৌজখিবনি। ন্নাহৈশিং অসিগী তোঙান তোঙানবা অর্থ চৎপা অমস্নুং চপ চানা হায়বা য়াদবস্নু য়াওদবা নন্তে। লেমলৈ ঙানা ন্না ঙাংগে তৌবদা লাইজ ঈশিংনা পল্লি হায়বত্নুনি। মথক-মথা ওন্নবা বনান লানবা অর্থ ওন্ন-তৈন্নবা য়াওন্নন্নবস্নু মতুংদা চুমথোকচগনি। অনিংবা খরদং কোংদোকচবনি। অক-অফবা ন্নাহৈশিংদং লৌখৎপীন্নগা নৈনবীবা অমস্নুং লৈচনবীন্নবদি হোৎনজমনগী মহৈ য়াল্লে হায়না খঞ্জগনি।

লাইন্নিক অসি ইজবদা মন্নুপ-মপাং কয়ানা মতেং পাংবিন্নকই। মন্নু ওইনা সর্ব্বশ্রী S. Ibomcha Singh M. A. Lecturer of C. C. Hr. Sec. School, Imphal অমস্নুং OK. Bormani Singh অসিগীদমক্তা তৌবিমল খঙবা উচ্চন্নি। লাইন্নিক অসিগা অতোপ্পা Foot Drill গী চাওন্নাকপা হিন্নম খন্না হায়বা ২ ( অনি ) অসি ইন্নবগীদমক্তা Manipur Police Department গী Prosecution Staff না অকনবা ইথিল পীবিন্নকপগা লোইননা ঐঙোন্দা ইনিংবগী ইতৌ অমা লাকখি। পুক্নিং থৌগৎপিন্নকপা অমস্নুং মথৌ হাপ্পিন্নকপগীদমক্তা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচন্নি।

লাইন্নিক অসিগী মন্নমদা হন্নাওনা থাগৎপিন্নকপা সর্ব্বশ্রী ইন্নেংবম তোম্পোক সিংহ Minister of Education & Fisheries

Govt. of Manipur অমস্থুং ডাঃ এলাংবম দীনমনি সিংহ এসো-সিয়েট প্রোফেসর মণিপুর লোন অমদি সাহিত্য বিভাগ মণিপুর য়ুনিভর্সিটিনি। পুম্নমক অসিগীদমক পুন্সিগী লমন তোনশিঞ্জরে হায়না খঙ্জে।

"অহল-লমন পাওরৌ, প্রমান পাম্থে অহানবা শরুক" কৌবা লাইরিক অসি পব্লিকেসনগীদমক গ্রান্ট ওইনা লুপা ৬০০ (চাতরুক) মণিপুর ষ্টেট কালা একাডেমিনা মতেং পীবিরকপগীদমক অচৌবা লমন তোনশিঞ্জরে হায়না খঙ্জে।

Under vide order No. E-5/12/78. MSKA, PT. Dt. the 2nd November 1985.

অইবা :—

শানোজম অমু সিংহ

সব-ইন্সপেক্টর ওফ পুলিস,

মণিপুর।

# বাহৈ খরদং

**I. Tompok Singh**
Minister Education & Fisheries
MANIPUR

IMPHAL
Date 15/5/85

শ্রীসানৌজম অমু সিংহ, শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাইদা লৈবা ভদ্রলোক অমনা ইবা "অহল-লমন পাওরৌ, প্রমান পাম্হৈ" হায়বা লাইরিক অসি পাজরে।" লাইরিক অসিগী মপুং ওইবা শরুক্তি মমাংঙৈগী ইপা ইপুশিংগী মতমদগী হৌজিকী মতম ফাওবা চৎনরিবা প্রমান পাম্হৈ, পাওরৌশিং অদুবু খোমজিন্দুনা হৌরক্লিবা নহারোল-শিংদা লৌশিং কংহল্লবগী মরম ওইনা তৌই। অদুগা লাইরিক অসিগী অরোইবা শরুক খরদা ইপা ইপুশিংগী লিরবা ফুংগা ৱারী অমস্তুং মতমগী চৎনবী ৱারী খরস্তু হাপচিন্দুনা মসিবু পারীবাশিংদা হেন্না মুঙাইবা পীরি।

শ্রী অমু সিংহনা চহী চা কয়াগী মমাংদগী চৎনরক্লবা অহল লমনশিংনা শিজীন্নরম্বা প্রমান পাম্হৈগী ৱাহৈ কয়াবু খোমজিন্দুনা পুখোরুবা হোৎনবদা থুদোং চাদবা কয়া মায়োক্লখিবা থাগৎনিং-ঙাইনি অমস্তুং মতুংদস্তু অসিগুম্বা লাইরিক কয়াস্তু পুখোরকখিগনি হায়না আশা তৌই।

লাইরিক অসি মতম শাংনা চৎনবা ওইসনু।

তোম্পোক সিংহ
এডুকেসন মিনিষ্টর মণিপুর।

Department of Manipur
Language & Literature
Manipur University.

Canchipur, Imphal, India
Pin :— 795003
Gram :— Manvarsity
Phone :

মে ১০, ১৯৮৫ ইং

ইয়াম্বা শ্রীশানৌজম অমু সিংহগী অহল-লমন পাওরৌ, প্রমান পাম্থৈ পাঁজরে। পাওরৌ অমদি প্রমান পাম্থৈ খোমজান্দুনা লাম্থোক-পল্লি। চৎনরকপা হায়রগা লিরবা পাওরৌ অমদি প্রমান পাম্থৈগী মথক্তা হৌজিক হৌজিক মীৎনা খোঙনা লাম্বা ফংবা মতমগী ওইনা নৌনা লৈরকপা কয়াম্সু লাম্থোক্লবা লাক্লি। নৌহৌনা চৎনরকপশিংবুসু লাচন্দুনা থমহৌগে খনবা ওইবা তাই। থাগৎনীংঙাইনি। ইথোক-পগী মতাংদা ময়েকী মথং মনাওদা শেম্বনি।

পাওরৌ অমদি প্রমান পাম্থৈদসু নত্তনা লাইরিক অসিদা ফুঙ্গা ৱারী খরা অমদি অনৌবা মতমগী থৌদোক মচা মচা ইথোক্লুনা লাম্থোকপসু থেংনরি। পাবদা মুংঙাই ফজৈ। ৱারী মখেকশিং অমদি পাওরৌ, প্রমান পাম্থৈশিং অসিনা নৌনা মমালোন নৈনজ-রকপা মীওইশিংদনা হেন্না কান্নবা পীগনি। লোন মশক খঙনবা অমদি খঙহন্নবা লাক্লবা হীরমগী লমদা অনৌবা থুদোল অমগসু তম্মরে খনবদা চাউথোকচবা পোকই। অঙন্বা মওংদা সেবা তৌবা তাবনি। সেবা ময়াম অসি পুন্নগা মণিপুর অমদি মণিপুরীবু মশক তাকদৌরিবনি। পুকচেল শেংনা তৌজবা সেবাদি লেমনা মাঙবা হোনদে।

মতুংদসু 'য়াম্বসিগী কলমদগী অতৈ মচল তত্তনা থোকলকসনু হায়না ইমাদা নিজরি।

ডাঃ এলাংবম দীনমনি সিংহ
এসোসিয়েট প্রোফেসর।
মণিপুর লোন অমদি সাহিত্য বিভাগ,
মণিপুর য়ুনিবর্সিটি।

# য়াওকম তাকপা



---

মীওইবগী পুন্সিদি নৈগুম্বনি। নৈজরীবা ৱাহৈশিংসিদি তুংলম-চংকী ফিরোল নাইনা থুপ্পুনা থম্বগুম্বনি। অনৌ-অনৌবা লাকইবা মীওইশিংগী কান্নবা লৌশিং জ্ঞান ওাক্তা থম্মীরম্বনি।

---

# ঐখোয় অমত্তনি

ঐখোয় পুম্নমক পৃথিবীদা লৈবা মীনি। ঐখোয় অমত্তনি। ঐখোয়গী ভারতনি। ঐখোয় পুম্নমক মণিপুরিনি, চীংমী তম্মী অমত্তনি। চীংলোন মাপলনা কোয়না পনশাবী ইমা মণিপুর, চীংজাও কয়ানা মখোঙ ওই, ফজবী মাইথেংনা তম্পাক্নি। তুরেল কয়ানা মগুন ছাপলি। চীংশিং কয়া, উখ্রুল, সিরোই, ফুংয়ার, তমেংলোং, লাইমতোন-নাপীচাবী, কৌব্রুংবা মারজিং, থাংজিং, চুরাচান্দপুর, তেংনৌপল, লাইমতোন, শম-কাবুং, মাও, মরাম, কৌব্রু অমস্তুং নোংমাইজিং অসিনচিংবা। তুরেল, ইম্ফাল, নম্বুল, ইরিল, থৌবাল পোই-চীংঙাই, হুইনিং, বারাক, ইরং, মকু, লৈমাতাক, খুগা, চকপি, মোরে, কারোং-সেনাপতি, জিরী অসিনচিংবা চীংদা "শিদবা" মপুগী খুভম লোইনা লৈ। ঋতু খুদিং ফিজেৎ হোংবী ইমা লৈবাক মণিপুর।

ঐখোয় মণিপুরদা পোকচবা মণিপুরদা চাওজবা, ইমা লৈবাক মণিপুর লোনগী পুক্কৈ অচৌবী, য়েংথি-য়েংথিবা খুদিংদা অরাং-অপা লৈতবী ইমাগী তম্পাক্তা ঐখোয় থ্বাই পুম্নমক লৈজরি। অরা নুংঙাই খুদিংমক মাইপুননা থম্বীরি। লম কয়া চৎলুরে দেশ কয়া কোয়রুরে হল্লকই ইমাগী তম্পাক্তা। কনাদা তাই লাদা তাই ইমাগী তম্পাক্তা গুণ পুম্নমক্না লৈতেংবী ইমানি। ঋতু ৬ (তরুক) না খোৗগনবী ইমানি। মচা কয়া চৎখরে, মচা কয়া লাকইদো। শৈরেংবা অমস্তুং শৈশকপা

অইবা, অইবীশিং কয়ানা ইমাগী মগুণবু থায়কনি। ইমা মণিপুর সনা লৈপাক, পাথংবনা অহানবা নিংথৌ ওইনা লৈঙাকলোন লৈবা লৈবাক্সি হায়নৈ ( ইংশোক ৩৩-১৫৪ )

মণিপুর বৃটিশ সম্রাজ্যাগী মথাদা মতম কুইনা লৈরুরে অদুবু মতমগী ইচেম্না অহোংবা লাকতুনা মনিং মথা-তম্না লৈবাক অমা ওইরে। অহানবা ওইনা মণিপুরগী ( ইংশোক ১৯৪৭-৪৮ ) মুখ্য মন্ত্রি সর্ব্বশ্রী মহারাজ কুমার প্রিয়োবর্তা সিংহনা ওইখ্রে। মথংদা ইংশোক ১৯৮৪ দা দিল্লিদা শ্রীরাজ কুমার জয়চন্দ্র সিংহনা অহানবা মন্ত্রি ওইরে। মণিপুর সনা লৈবাক পিক্লবস্নু চীক্লা লেম্না ঙাম্লি। অকনবা পোকপী ইমানি। অথৌবা য়োকপী পলেমনি। অচান মীরায় নায়দবী ইমানি। অফবা মচা লাকখিনি ঙালহল্লবীয়ু নচাশিংবু তাইবং ফাওনা।

# অহল-লমনগী পাওরো, প্রমান-পান্থে

## স্বর ময়েক্কী শরুক থরা

## অ

## অহানবা শরুক

অচুম্বদি উকল চঙদে :— মুমিংনা নোংপোক্তা থোকই। লানদবনা জয় ওই, অচুম্বদি ভাকউদ্রবস্তু য়ারে, চৎনবীদস্তু কায়দরে, ধর্ম্মদস্তু কায়দরে, আইনদস্তু কায়দরে। মিংনা উবনা অচুম্বা ওই। ( অচুম্বদি উকল চঙদে )।

অঙাংদি নীংথাদা খঙজি :— মহাক্কী তৌথোকরকপা খুদিংদা তুংগী ওইরক্কদৌবত্থু খঙই। অযুক্কী মুমিং থোরকপদা নোংমত্থুগী ফিভম খংবগুম্ব'নি।

অঃাংনা মৈ কিদে :—খংদবদি উদবগা চপ মান্নৈ, খংদবদি দোষ লৈতে। মগুণ খংদবদগী দশা তাই। মৈয়ানবীনা মৈদা পায়শিন্দুনা শি। ( অঙাংনা মৈ কিদে )।

অসিন-অরাং শানিংই, লৌশিংদি লুখমদা পাল্লদনা :— থবকতু মকোক ওইনা শিন্নিংবা, থবক্কী য়ায়োং থোক্কবনি।

অকনবনা অচুম্বা শকই :— থোঙজোম ফবা থৌই। নোংশানা উচিবু কিহল্লি। অচুম্বনা ফাগী তৌই। তঙাইফদবদা আইন চংদে। অঙম্বনা হায়বা ইন্নৈ।

অপাম্বা হায়বসি কন্নবা লীচিংনি অমদি মরম চাদবা হায়বসি ইকাইবগী মশক্তি :— চৎনবী নত্তবা মরম চাদবা থবক্তি মী-মাং কমগনি। নীং-মাং য়েংবা কৈ।

অরৈ-অরা চাবা মীনি :— উৎ-পাট তৌবা, বিশ্বাস লৈতবা, থোক তৌবা, থাজবা য়াদগা মীনি। থবক্তু মঙোন্দা য়া-পুহনবা য়াদে। মহাক্তি অরৈ-অরা চাবা মীনি শোইবা য়াই।

অশাববু অশাবনা লোক্কনি :— ঈশিংগা ঈশিংগা, মৈগা মৈগা মায়-মায়বা তিনশিল্লগা মাইরে।

অনাবন্থু থুৎ থারে :— উপাই লৈতন্থনা তোকলে। হোৎন-বদা কায়বা কংলরোইদবা থবক।

অচৌবগী মমাংদা শমউমু, শগোল মতুং ইনলুমু :— মরম চাদনা অচৌ অশাং মনাক নকউমু, শোয়বা য়াই। মওং চারোই দশা তানি।

অচা-চাদা মরোং লৌ :— থংতোং-তোংবা (শাবন) নত্তগা থংকুৎ-কুৎপা মকমদা লৌ উবা। মকমন্থু কয়া পাংদবনি।

অশিংবনা মোন ফুই, অপংবনা মতু ফুই :— তাৎ তৌবদা চৎপন্থু আ-ওইননা রাজাও থোকলেদো। অপংবদি থৌদোক থুদিং লাল ওইনৈ। অশিংবদি শাউগনদে থবক থুদিং পাংথোকপা ঙম্মবা হোৎনৈ।

অরাৎ-অপা লৈরিরোই কাম-দুহাথ লৈবনি :— মথুৎ অনি পাল্লিবনি অশোয় অভাম য়াওদবনি। করিগী অরাৎ-অপা লৈরুনি। মহৈ হৈবা চারা হেন্দে, শুন্থনা নোমন্থনা লৈবনি। হকচাংদি শিদবা

লাইনিংথৌ মাগী লৈকোয়ি। লৌউবগী ইংখোয়া ইমানি, লৌনা ইপানি। থবক শুবা-নোম্বনা অকবা ওই। খোঙ চোংলগা চিন চোংপনি।

অতোংবদা লৈথোনবা অকুৎপদা লৈতৌবা:— অফবদা অফবা ওইবা, ফত্তবদা ফত্তবা ওইবনি। লম লৈবদা লৌ পিবা, শেল লৈবদা পৈশা পিশিনবা, শেঙ্গাও পাইবনা লাইরবদগী শেনদোয় চাওনা লৌথৎপা, গুণ লৈবদা লাইনিংথৌ লৈ। লল লৈবদা ইমোইমু লৈ। অচৌবনা অপিকপবু ফাহনা চায়।

অহল ওইরক্লে, অহিংবু ইকাইয়ু:— পুন্সি শাংবনা নশাগী নরলনি, হকচাং ফবনা নহাক্কী ললনি মতম নাইনা শাজেন ভৌ। কাম ফবা হকচাং ফৈ।

অতনবা থাদোকউ, হিংবদা লায়গনি:— তন্দুনা অরেম্বদা লৈথোকন্নু, থবক শুরগা পৈশা লাকপনি, থবক তৌত্রিঙৈদা য়াথয়া য়াংজিংউ, অফ-ফত্তা মুয়া খলহৌ ফত্তবা থবক মতম য়ৈথোকউ, অফবা থবক্তা হৌরেন-হয়েং ভায়গনু।

অধামোয়ানি ভাংনরুম্নু:— মুপীনা ভম্বা নিপা, মুপীগী খুজিন চৎপা নিপাদি নিপা থোক্তবনি।

অরিকপগী মরল মুয়া চাই:—পিথোকনিংদবা, লৌশিনবদা পাম্বদি, মথৈদা কান্নদবা ওইরকই। লৈরগা পাম্মুহনা শিজিন্নদহনা য়াংবা।

অপংবা ভরাগা মরুপ ওইববুদি, অশিংবা অমগা য়েক্কবনা কৈ:— অপংবগা মরুপ ওইবা লৌশিং থোক্তে, অশিংবা অহুগা

য়েক্রবা ওইরবদি, মহাক্লা করি তৌরক্কদগে খনহ্রনা খু-শেন্দুনা লৈ, অমস্তুং মিকুপ নাহ্রম শেন্নহ্রনা লৈ। রাখল খনবা হেল্লকই।

অঙাং লক্লবা চোপ্পা ফংই, অহল লক্লবা কপ্পা ফংই :— অঙাং লক্লবা মতাং চাত্রবদি ইকাইবা ফংই, অশোনবনি উশিংলুদবা, অপিকপনি থওইক্লদবদগী চোপ্পা ফংই। ইথক-থোংবশিংদা থর্কাসি-খাসি থংনা চৎকদবনি।

অশাওবনু ঙাকপিবনা জয় ওই :— অশাওবনা অমাংবা ওইবা মতম লাকই। মী অসি শাওরমাল্লে থংলবদি ঐথোয় তুমিন্না লৈথোকলগা শাওবা ফরবা মতুংদা থবক অদু খন্নবনা কৈ। থৎনবগী মতুংতা খন্নবনা কৈ। ( অশাওনবু ঙাকপিবনা জয় ওই )।

অরংবা থুদিংমক সনা নত্তে :— মশকতি ফজে, মবুকচেন থংদে, সনামা সনানি, চমক্কীনি চমক্কীনি। মশক ফজবনা চাবা য়াদে। লুরিবদি মগুন্নি।

অহল মখিনা চফু মেল্লি :— তুংদা থোক্লগদবা থবকশিং অদু অহলশিংনা মাংওইননা হায়দোকপ্রবা চুন্নবা রা ঙাক্তা ওইরকপা। ( অহল মখীনা চফু মেল্লি )

অথুবা থবক তপনা তৌ :— থরক থুদিং চনিং-তানা তৌ। থুমল্লবদি থবক রায়োং থোক্তে। ভাব তানা অমস্তুং মেন তানা থবক তৌবা কৈ।

অরূবনা মতায়দা, অনৈবনা ময়াইদা :— অশেংবা অমস্তুং অচুম্বনা নাথেহ্রনা লৈথি। অহ্রগা ওইদবা অমস্তুং চুমদবনা চাওথোক-লেমথোক্লা লৈ।

অন্ধবিশ্বাসপু থাজবা :— লৈচিন্নদা খেন-চাং য়েংবগুম্বনি।

অচাকপা মৈদা থী হৈবা :—শাওরিবা মীদা মথৌ শংবা।

অহৌবনা ফরবদি, পোলোয়দস্‌ ফগল্লি : – অফবা মরুনা অফবা মহৈ য়ানলি, মচা অহলনা ফরবদি, মথা তারকপা খুদিংমক লোইনা ফগল্লি। খোমৈ-খোমদোন ফর্বদি য়াইফবদা ওই হায়নৈ। ( অহৌবনা ফরবদি, পোলোয়দস্‌ ফগল্লি )।

অহৈ-অপা শাত্নুনা পশিং থোকলে :—থবকতি কয়া হৈফাত্তবা, মরমস্‌ কয়া খংফাত্তবা ( খরদি খংবা ) অমদা অমা হায়রুবা অমদা অমা তৌরুবা, কাংখোং চায়বা ( অহৈ-অপা শাত্নুনা পশিং থোকলে )।

অত-তাই লৈতবা থবক রায়োং থোক্তে :— দায়ত্ব লৈতবা থবক, মপু পানদবগুম্বনি, অত তাই ( লনাইগী ওইবা ) লৈবা মীদি চারামনবা নোংশাগুম্বনি। মথরাই ফাওবা থাদোকপা ওমই।

অচাওরোল কাবা য়াম্না পাম্বা :—অচৌবনি, শ্যাগৈজাং অফবনি উৎনিংবা। নাপল তৌবা পামজবা।

অশিঙবগীস্‌ শিংনা, অপ.বগীস্‌ পুঙনা ঈশ্বর লৈ, হৈমন-শিং-মল্লবস্‌ পশিং থোকই, পঙমল্লবস্‌ লাল ওইনৈ :—মীওইবা লাইনা ( ঈশ্বরনা ) থারকপনি, মাগী মাগী হিংবা ওম্নবা শিনফম পায়নৈ। পুন্নমক মপু মাগী খুৎশেমনি।

আউন পোৎকীদমক্তা শাগন অনি শেগায়নথরে :— মুপীগী আউনপোৎ য়াওব্রে হায়হ্নুনা লুহোংবা য়ৈথোক্‌পা। য়ানদবা অনিগী য়ানি।

অয়িকপবু হেন্না পিন্থনা জয় ভৌ :—পিবদা হয়াগুদবা লৈতে, কান্নবা পোৎপু ওইন্নবদি। পিথোকনিংদবহু য়ান্নবা হায়নরগা থুত্থুম চনবা কৈ।

অচৌ অশাংগী মমিৎতা উৎ চায়রি :— মচিনদা অমা, মথুৎনা অমা, মবুক্তা অমা, শুবীধা বাডি ঙাক্তনি, মশাগী ওইজবা তাল্লি, ফাবা মুত্তিৎতা মরু কোক্কনি। মায়া (থোক) তৌবা। (অচৌ অশাংগী মমিৎতা উৎ চায়রি)।

অঙাংনা য়ুম মৈ থাবা চাক্তবা হৌনদে :— অঙাং মীওম্বা য়াওরক্তবা নত্তে, অঙাং মচিন্দগী য়াজাও থোকই। পীক্লা মরুম কাবা, মতিক মপা চাদবা মতিং উৎপা অঙাং য়াওরকই। অকায়বা ওইগদবা থবক কয়া তৌরকপদা অঙাংনি হায়না লৈথোকহৌবা চুমদে। (অঙাংনা য়ুম মৈ থাবা চাক্তবা হৌনদে)।

অহায়য়ো কাবাক খন :— নংনা তৌজবা থবক কানরোই। কেশে-হে কলাং য়ান। নংনা তৌজনিংবা তৌজরকউ বেরা লৈতে।

অচান-মিরায়, মীচং-মিথায় নাই :—তাইবং মীওইনা পোক-লবদা, ঐগী মীগী থাইবা মহৌশানি। লোম্নবী মচা য়োকপা পোক-তবী মমানা লাইথোকই, ইচা-মীচা, য়োংলৈ-মেলৈ থান্নবা হৌন-শানি। (অচান-মিরায়, মীচং-মীথায় নাই)।

অশোয়বা য়েংবদি হৈ, লংলা লংজিন পুথোকপদি ঙমদে :— মীনা হান্না তৌরমলবা থবক্তু য়েংলগা ফজৈ-ফজদে হায়বদি খঙবা, (স্যমালোচনা তৌবা)। করি করম তৌরগা ফজগদগে হায়বদি খঙদবা।

অতূম্বা নোংশাগী মখায়াংডা শক্তি চংলক্তে :—ইশানা ইশাগী খবক ভৌগদবনি। নোম্মূত্রবদি, হোৎনরুদ্রবদি মহয় ফংলোই। অভনবদি কান্নবা ফংগনদে।

অহৈ-অপা শাছনা তাকলি :—ওজানা তম্বীদছনা, ওজা নত্তবনা তম্বীরে, খংসু খংদনা। চিন্দোল-লৈভোন ফবা। দেখা-সুনা ওইবা মীনি।

অরুম অমা লল্লোনবদা, পৈ অমা তোংবা :—ইবেম্মা নহাক্কী ফি-:য়ানশিদি ( অরুম অমা লল্লোনবদা, পৈ অমা তোংবা ) শেন্দোং লৈত্রে। ফত্রে হায়ছনা লৈরিভৌদা ফত্তবা অমা হাপচিল্লকপা।

# ই

ইখুং লানথোকলগা, মীথুং লানথোকই :— নংনা মীভোন্দা খুৎলং চংথোকউরবদি, নভোন্দা মীনা খুৎলং শিংলকনি। নংগী পীগদবা পোংতু পীখরো, মানসু অমুক নংগী পোংতু হল্লকনি।

ইচা ফত্তবা চাওবা ভায়বা, ইন্না ফত্তবা শিবা ভায়বা :— মী ফত্তবগী হিদাক লৈতে। ইচা ফত্তবা শিন্দোকপা য়াদে। ইন্না ফত্তবা হিদাক লৈতে। ফত্তে হায়বা খংই। সোরায়েন্দা ভিন শিং-কংলগা মাইদা ভাই। ( ইচা ফত্তবা চাওবা ভায়বা, ইন্না ফত্তবা শিবা ভায়বা )

ইখোল চাওনা কোয়গয়ু, সুপী মশক ফজবা লৌগদু :—মভিক মপা চাদবা খবক্তি রানা থোকই। শক ফজবনা ময়ামগী শুণ লৈবনা মশাগীনি।

ইন্দোনদা থারগা, খুরাদা পোমলে :—ইন্দোনদা হৌদোক-উরিবা রাফম, খুরানা হাম্না খংহুনা লৈরম্বা, হান্না ইখঙ-খঙনহুনা লৈরবা রাফম অহু ইনৌ-নৌনা হৌদোকউবা। ( ইন্দোনদা থারগা, খুরাদা পোমলে )।

ইরৈ লৈতববুদি খরা লৈবনা ফৈ :— মহৈ ইহৈ হৈতববুদি খরা হৈবনা ফৈ। লল-থুম ইরৈ লৈতববুদি খরা লৈবনা ফৈ। কান্নবা মতম লাকই।

ইপা-ইমা মিংনা উবা লাইনি :— ইপা-ইমানা ঐবু পোক-পিরে, চাওনবা য়োকপি-থাকপিরে ইহৈ ইশিং তমহনলি, তাইব‍ং মীরক তিন্নবা। ইমা ইপা হোংবা য়াদে, ফজ্রবস্মু-ফরবস্মু ইমা ইপানি। মখোয়না পেল্লবদি ঈশ্বরনস্মু পেনধী হায়নৈ। ( ইপা ইমা মিংনা উবা লাইনি )।

ইকা ঙাগুম খেলাং থাং, লাংবন ঙাগুম থক-চানা :— অপাম-মুংশিবা উরগা হায়ফম খংদহুনা থক-চানবা। ঈথক-ঈরাংদা লৈবা।

ইঙ্গিংনা হৈরিবা, মমিংনা ঙাওরিবা :— মী-মীগী মপুক্লিংগী অপাম্বহু চীন্না নশুনা অতোপ্পা প হৈনা ফোংদোকপা। নোকপা মতমদা মমিং য়াওবা, ইরাং লৈবা মীওইনি। ইঙ্গিং-ইরাংদা থবক তৌবা।

ইনাক খুনবা মউ লিংদে, লাইরবা মপান থাদে :—মীওইনা পোকপগী মপোক, অমুক রাবা, অমুক মুংঙাইবা হৌনশানি। ( ইনাক খুনবা মউ লিংদে, লাইরবা মপান থাদে )।

ইচা নুপা পোকই ইমৌগী, ইচা নুপী পোকই ইয়াগী :—
( পেন্দবা রাহে কোংদোকপনি ) চৎনবীগী মথা পোনবনি। সমাজ অতুগী চৎনবীনা খ্বাইদগী মরুনি।

ইরিগা ইনশাংগা তোৎনখ্রে :— ( চারৌ-মৌরৌনবা ) নত্রগা লুনা তিন্নবা। অমনা অমগী মতোং পাংনতুনা লৈবা।

ইখোলদা লফু, রা অমস্সুং উজাও থাবা মতমদা লৈকাই অমস্সুং খুন অতুগী অহলনা থাও হায়তুনা থাবনি হায়গনি :—থারীবা মী অতুগী দশা-লাংকম কোকই হায়নৈ।

ইরুজনিংবগা থোংগ্রা তেকপগা মান্নরে :—অমতুনস্সু থবক অতু তৌনিংনা লৈরম্বা মঙোন্দা হেক পীশিল্লকপনি, উননিংনা লৈরিবা মীওই অতু খংহৌদনা হেক উন্নবা। দরকার লৈবতু থেংনবা। ( ইরুজনিংবগা থোংগ্রা তেকপগা মান্নরে )।

ইরুজদনা হৈবী তৈবা :— ( ইচু চাদনা কেবা ) ইনান-নান্দনা অনানবা শাবা ( কেজবগা রাওজবগা রাওজবনা হেনবা ) তৌথোরক-পদা জুং চাদবা। ( ইরুজদনা হৈবী তৈবা )।

ইপা-নাৎ ইপু-নাৎ থাদোকলে :— ইপাগী-ইপুগী চৎনবী তোকলে। নিশা শিজিন্নতুনা লৈরে। চৎনবীনা জাতি অতুবু মশক তাকই। ইপাগী ইবুংঙো, মমাগী নিংথেম, নিশা চারে, শা থোকলে মীয়ান্ন! কিনরে। লৈবাক্কী মহিক শন্দোক্লে। অহল-লমননা চৎলম্বা শাজৎ-লিচৎ হোংদোকলে।

ইচা শুমগে, নচা লৌথোকউ :—মশাগীদা থনবা, মীগী থন্দবা। মীনুংশি রাৎলকপা। শক্তি লৈবশিংনা অশোনববু তাক্হোক্রবা হোৎনবা।

ইমৈ নত্তে তৌরানি, তৌরা নত্তে ইমৈনি :— ('হুরানবা কারবদা, মত্তে হায়হুনা চেনবা। মমৈদা সাথিনা হায়রকপদগী চেনবা য়াদবা ) অয়ানবা কুইবা য়াদে। মমৈদা অচুম্বনা জয় ওই।

ইনাক খুনবা মচা ফৌস্থু-চেংজোই তমউ, লাইরবা মচা শগোল তোংবা তমউ :— ইনাক খুনবা মচা তোনানগম্বু, থোইগম্বু, লাইরবা মচা তুক্ক-তুফায় চনশিনগম্বু, ইনাক খুনবা অমম্বুং লাইরবা খুবাক-খুনমদনি। থবক অয়াম্বা খওজিন-হৈজিনবা দরকার ওই। খও-হৈরবদা কান্নবা লৈতে।

ইয়োই তোংবা লুরাওবা, শগোল তোংবা থীনেৎপা :— ইয়োই তোংবা মোৎলি, শগোল তোংবা লৈখাদা য়েংদে, লৌউবনা লৈখোম তৈ। লল্লোনবনা মশা নাল্লি। মীওইবদা আসনা মফরে হায়বা য়াদে। অশোয়বদি ময়াওই।

ইকাইবগীদমক্তা ফি শেৎলিবনি, শিদনবগীদমক্তা চারিবনি :— মীওইবদি মতম পুম্নমক্তা ইজৎ ঙাক্নবা হোৎনৈ।

ইখোল শরেং চাবা হকচাং ফৈ :— এঙ্গাং মনা-মশিং ইখোলদা থারগা চাবা ফৈ।

## ঈ

ঈশিং লুই-লুদে থরো থম্বাল মরিদা খওই :— মীগী হৌরকফম ঙাংখোরকপা রাহৈদা খওই। মহৈ হৈ-হৈতে ঙাংখোক-শকতোক্লকপা অমম্বু থবক তৌথোক্লকপদা খওই।

ঈশিং মরিক মরিকনা সমুদ্র ওইরিলো, উফুন মকুপ মকুপনা পৃথিবী ওইরকই :— অপিকপা, অকুপ্পা মচানি হায়রুনা চেকশিন্দবা য়াদে, অপিকপা চেক কয়ামরুম পুনশিল্লগা চাওরবা য়ুম অমা শাই। অশোনবনি, অপংবশিংনি উশিং-থওইদবা য়াদে, মথুংতা শোইগনি, অপুনবনা পাঙ্গল্লি। মীয়াম্না জয় ওই। থবক থুদিংমক চেকশি। ।

ঈয়াং থৌনিজবা :—ঈশ্বরবু পুজা তৌজবা অমস্যুং থুরুমজবা ছায়জবা। মপুদা থৌনিজবা।

ঈশিং থনবা পাত্রদি মখোন থোক্কে, থন্দবা পাত্রদি মখোন থোকই :— উহৈ য়াম্না পানবা উদি মরু লুকই। মহৈ হৈবা, মরন লৈবা মীদি মরু লুকনা চৎলি। মহৈ নিংথিনা হৈতবা, মরল লৈতবা, থংবদা মমুৎ তাদবা মীওইশিংনা অহৈ অশিং শানিংই। মহৈ মপুং ফাদবা মীদি অহৈ-অশিং শাজনিংই।

# উ

উ লৈতবা লমদা কেগেনা য়ুম্বী ওই :— অফবা লৈতদ্রু। য়াগদবদ্রুনা উশিন তৌশিনবা। য়ারোই খন্দুনা থম্বা পোৎ অদ্রু দরকায় ওইরদ্রুমা শিজিন্নবা। মতম থংগী মদুৎ শিন্দুনা থম্বা।

(H. S. L. C. Exam. 1986 Manipur)

উচুকনা লাইনিং কল্লগা থনগ্রাংচাক ওল্লি :—মীওইবনা মপুক্লিং চপ য়ুনো নিংলবদি ভমদবা লৈতে, ওম্বা য়াবা ওইরবদি, রত্নাকরস্থু অফাওবা বাল্মিক মুনি ওইখি। অক্কবা থবক্তা হোৎনরগা অফবা মহয় ফংই।

উয়িনা অনকপা উপালদা য়েংলি :— নক্ল-নক্লবা মক্লপ ওইনা লৈমিন্নে। সুপা, সুপী নক্লবদগী লৌনা-লৈনে। প্রকৃতিগী মথা পোনবা ভাক্তনি। লৈমিন্নবগা সুংশিনৈ।

উনৌনা উরীবু পুন্নে :— নহারোলগী য়ানা চৎনবা, অহলগী য়া থমজনবা। অওনবা জগৎনি অমর লৈতে। অয়িবনা চৎথিগদবা ভাক্তনি। অনৌবনা লাকনি।

উৎতা ঘী হৈবনি :— কান্নবা কংদবা। অয়েম্বদা মাওবা, তৌরুবা থবক্কী কল কংদবা। ঐনা মখোয়গীদমক কনবা তৌবীরুবষ্টু শিংথাবীদয়ে। (উৎতা ঘী হৈবনি)।

উরৈরোম শংবা ইনবা উইরুম্বা, লাংোয়া ইনবা লাংগম্বা, য়ান্নবদো লাকত্রবোইদো য়ান্নবা :— মচা নিঙোল কোইবা সুপা, নিঙোনহুলসু থরা থনবা, (চাসি মরু হুন্দোকসি মতোং ওইবা) নিঙোল পোকপী মমানা ময়ানি হায়বদা থরা পামদবা।

উগী উশক্তি উহৈনা থঙই :— মীগী মগুণ তৌথোরকপা থবক্লা থঙই। ভাংথোক্লকপা য়াহৈ-খোনফন্না মীহুগী মওং থঙই।

উহৈ যান্না পানবা উদি মরু লুকই :— থংলম থংকাস্তদা দেখা-সুনাপী মীওইদি মানা ভাংবহুতা তাও, মীনা ভাবদি থংদে, মাবু লৈরৈ-শিংলে থংশসু হায়হুনা পংনা-ভাংই পংভাং ভাংই। অহুগা মহৈ হৈবা মীদি শোয়রোয়দবা য়াদগী হেন্না ভাংগন্দে।

উন-য়াইমুক চেক চীকলে :— নিন-থোংলম্বা, লাংভম্বা পুন্নমক ফরে, অমসুং ঈংলে। চয়াং-থোয়য়াংলম্বা পুন্নমক লেপথিবা।

উপাকা সঙ্গ তৌবদগী অরুম্বা য়োংপি ভাউই :— অকবা সঙ্গ তৌবদগী কত্তবগী লমচং তোংই। মীওইবদি সঙ্গগী মতুং ইনগদি। সঙ্গনা মী ফংহল্লি ; সঙ্গনা মী মাংহল্লি।

উতোন য়ৌনা কারুবসু অমুক কুমথরকনি, লোকতা কুমথরুবা, চীংদোন য়ৌনা অমুক কায়কই :— অচৌবা ওইরুবা অমুক কুমথরকই, মভাক্কী মতম লোয়রগা। হন্থনা থল্লম্বা মীওইসু নিংথৌ লাইবক ঘুমদিন্নরুরগা অচৌবা ওই।

উচেক অচৌবনা মহুম চাওনা শাই, উচেক মচানা পিক্লা শাই :— অচৌবগী চাউনা লাংই, মচাগীনা পিক্লা লাংই, অহুবু হিংমিন্নবা মান্নে। হিংনবগী লম্বীস্ন মান্নে।

উচি কঙ্গক ময়ুম মৈ থায় :— ( শাউহুনা মশাগী পোং মাং-হনজবা )। কলক-খঙ্গল তৌহুনা পোংতা তাইনরবদি পোং মাংই। মহাম তাই। শাউরগা পোত্তা তাইনরগা মাংই।

## ঊ

ঊনা ঊনা থী নেংলে :— খংনা খংনা চোপ্পা। ফত্তে খঙলবা অহু থাদোকপা ঙমদবা।

ঊদবনা শাখি ওইবা, অঊবনা মিং ঊইশিনবা, কেশ কেল ওই :— ( ভাবোক ঊহৌদবনা শাখি ওইবা, অঊবহুনা নাথৈহুনা চংথোকখিবা )। পাওযুদি, মিংনা ঊবনা চুমই।

ঊরান কৈরান, ঊশোক রাক্লোক তৌবা :— অফ-ফত্ত থৌদোক থুদিং য়াওগনবা। লাবাই-লাংথৈ খোঙনেম্বী থৌদোক থুদিং য়াওগনবী।

## এ

এলাং চাবা কদি কায়, শঙোম চাবা লৌশিং শিংবা :— অফংবা চারগা লেনবত্থু কাম্নদে অফবা ওইনবা হোৎনৌ। হকচাংদি চিঙ্গাকী মতুং ইন্না অফ-ফত্ত লৈ।

এন্ন-খা, কৈ-খা, কোন-লিক, ছুমাং-থেলোং, খোংবান-লুক-লাং, ঙাম্নুগা-খোংবালগা, লৈশাবীগা-পাখংগা, খুবাক খুনম, :— এহেন্লৌঙেদগী লৈরকলবনি।

এক পোথে, ছুই কাম :— থবক অমগীদমক্তা তৌবা, অনি থোক্না কাম্নবা ফংলকপা।

## ঐ

ঐ :—ইশাগী ইথোং খঙগনি, ইমা-ইপা, মিৎনা উবা লাই-গুম্বনি। উন্নিবা, লেংলি পাম্নিবা অচৎ-চত্ত পুম্নমক লৈরী। হকচাংদি তাইবং মপু মাগী লৈকোনহুংনি। ঐগী হকচাং পোৎলম মঙানা লৈতেংলি। ঐনা লৈন্নিবনিনা ঐগী তাইবং লৈ। ঐসি থাওমৈ পোদোন চুখৎতুনা লৈবগুম্বনি থাও লোইরকপা মতমদা মমথরকই, ফুৎ মুৎথিবা মতমদা মমথরে। ঐস্নু মাংথরে, ঐ লৈতবদি ঐগী সংসার লৈতরে। থবকতি লৈহৌরি। মীনা শেন্নগা লাই ওই, লাইনা শেন্নগা মী ওই। ঐগী মিংদি মীগী ওইরে। মৈনা তাজিঙেলা অফবা থবক তৌরম্বনা তুংদা অমর ওইহৌই।

## ও

ওকনা নিল্লগা লমছুইনা মনা থাই :— অমনা শুজ-নোমজ হোংনজরগা অতোপ্পা অমনা মনা লৌখিবা।

ওতি-পাতি তৌবা :— ওইদবা রা ঙাংবা। থাজনিংঙাই লৈতবা, তিল্লগ্রিবা মপুক খংদবা মীবু থাজমুরু।

ওই-য়েৎ খংবা, কাংজৈ চাবা শগোলশুস্বনি :— মতাং খংবা, ময়ম খংবা, মিংলম-নারম খংবা, মিংকুপ নাছম শিংবা মীবুনি।

ওনখোকপা মুপীনি মচিননা মচিন কল্লিবা, শকতাদি খচ্চর হেক মাল্লদনা :— মচিন কনবা মুপী শকতা-পুদা কয়া ফজদবদা চৈবনি।

ওকচিন্দা পাল থাবা, শল-লম মপান্দা লৌউবা :— লম্বী মপান্দা পোৎ থাবা। লাকই-লাকইবা খুদিংমকী মপা থোকপা।

ওমচাক্লছুনা লৈবা :— অরাবা ওইবা। মৈরি থোক্কবা। হকচাংদা ওলাংবা অমস্তুং শাবা।

## ঐ

ঐরাইবনা কল্লিবা, মথুনলোমদা হনজল্লি :— লাইরিক ঐরাইরিবনি হায়ছনা ফমছনা লৈবা, খংবদি ইখং ঙংদবা। মী-মীগী মশা-মশাগী হৈশিংবা অমস্তুং বুদ্ধি জ্ঞান থেরৈ। শিস্থোং খঙনা হোংনদবা।

## ব্যঞ্জন ময়েক্কী শরুক খরা

## ক

## অহানবা শরুক

কৈগী মপাল নাপীনা তাং, নাপীগী মপাল কৈনা তাং :— ( অমনা অমবু মতেং পাংনরগা হিংমিন্নবা ) লৌউবা, উ-শুবা, কোন হৈবা, Science অমসুং Arts খংবা পুন্নমক অসিনা পুন্নগা সমাজ অমা ওই, অমনা অমবু মতেং পাংনচুনা হিংমিন্নৈ। কৈ লৈবদগী নাপী কান্দোক্লে, কৈনা নাপী মরক্তা চংখিবদগী মখ্বায় হিংহৌরে। ( কৈগী মপাল নাপীনা তাং, নাপীগী মপাল কৈনা তাং )।

( H. S. Exam. Class IX 1985 )

কোনজেং কোকফায়না নোম্বা-মখৈ নোমলুরগা হনজন্দুনা মনঙলদা মরুম থুবা :— নোম্বমখৈ নোমলুরগা কান্নফম খংদবা, শেন্দোং মাংবা। শিন্নম খঙনা শিনথাদবা মমৈদা খুদোং-চাদবা থোকপা। শিনথোং খঙদবা।

কাং চাক-চা য়াথুন নাইদবা, হয়িং তোংবা থোঙ্গুন খংদবা :— অরৈবা পোংতু মপুং ফানা চাদবা, চিংচা-পোইজা তৌবা, চারম থকলম খংদবা। উচি চাকহোনদা পোং অচু লোইশিল্লকপা। ( কাং চাক-চা য়াথুন নাইদবা, হয়িং তোংবা থোঙ্গুন খংদবা )

ক্বাক-ক্বাক ননিং মমাং হোত্রোং হো, নতু লৈমা কাং কোক :— পাংমন্দুনা মানা তৌরিবা থবক্তু করিনো খঙদবা। খ্বায়না খঙনরবা থবক্তু মশানা খঙজত্রবা।

কৈ-নৌ য়ায়েল তৌবা কৈ :— মাইকৈ অনিমক য়াননবা হোৎনবা কৈ। অনিমক্কী ফনবা তৌবা কৈ।

কৌজেং চগুবা :—কাসি কৌজেং চগুলে।

কাচিন-কোয়া কে-কু ফোং-ফোংনি :— মখোয়নদি মী খংদ্রেবনি হায়দুনা লোম্না হোৎনরি, লৈপুং ফমবদদি য়ারি শাম্নরি। ( মুং-পান খায়দবা, মনুং-মপাল লৈতবা ) ( কাচিন-কোয়া কে-কু ফোং-ফোংনি )।

কৈ মচাবু চাউনবা য়োক্লগা, মপু চাই :—ফত্তবা মীদি মাবু শেম্বীরিবা অদুদা ওনশিল্লকতুনা চাই, ( কৈ মচাবু চাওনবা য়োক্লগা মপু চাই )।

কোম্না লাকপা বুদ্ধি শীজিন্নবদা মপুং ফাবা হৌনদে :—কোম্না শিংগুকপা।

কাংখদা লিল চংবা, খুজিন্দা তুম য়ুবা :— মী ফত্তবা লৈমিন্নবা মুংঙাইতবা। ফত্তবশিংগা লৈমিন্নরবদি মতম পুম্নমক্তা খুউ শেন্না লৈনৈ। মলোম লৈবা অনি লৈমিন্নবা।

কৈথেনসি ইবেম্মা মী-মখল য়ামখ্রেদা, তাইবুংঙো মী মখল অনিদনি :— কৈথেলদা অফ-ফত্ত, লায়র-ইনাক-খুনবা মী মখল শুনা কারবম্তু নিপা অমম্তুং মুপী মখল অনিতনি। সনা কৈথেলনি।

কৈ লৈবা মফমদা মুমিং তাই :—খুদোংথীবা মফমদা খুদোং চাদবা ওইরে। ( কৈ লৈবা মফমদা মুমিং তাই )।

করোম হাওদা পাওজেনবা, শগোল হয়াই পুম্নথোং :—পাওজেনগ্রগা পাও হায়বীদবা, মওং ভাদবা অদুদুনি। মফম ময়াং খংদবা। পাউ হন্দোকপিরদবা।

কৈথেন যণতু মত্তাইরে ঃ—ইকাইবা খণ্ডবা। মাইকনবা।

কৈরোয় লৈকাইবু লোন্দিয়ন্নবদি অৱাবা লাকপনি ঃ—লৈমিন্ন-রিবা অদু লোনদিন্নবা অমসুং 'সুংশিনন্নবদি থবক খুদিংমক থুদোং চাদে।

কাকপু ৱাহোং মতু থেং'চিনলগা ৱাহোংনি হায়বা য়াদে ঃ—মুপা শাবী মুপীশিংবু মুপানি হায়বা য়াদে। মুপীনা মুপীনি, মুপানা মুপ্যানি।

কবো য়েত্থুম হৈন্থ তরেং ঃ— অহৈ-অপা য়াম্না শাবা।

কুশি-ৱাশি তৌবনি, মীবু থী মথাদা লৈবা হনগুম্না উবনি ঃ—মানা তৌরগা লোইরে থনবা। হেদো-হেরাউ কাবা, তৌনিংবতা তৌবা, মীবু উশিংতবা, ব্যবহার লৈতবা মী। (কুশি-ৱাশি তৌবনি, মীবু থী মথাদা লৈবা হনগুম্না উবনি)।

কনাদা তাই লাদা তাই, ফুংনাক শংবী হায়বহ্নি পেম্মা ঃ—মুপাহ্ন কোয়দোবমথৈ কোয়রুরে, চংকদোবমথৈ চংলুরে, উপায় লৈ-রক্ত্রহ্না য়ুমদা লৈহৌরিবা মাগী মুপী মনাক্তা হল্লকপা। হান্না লৈরীবা মকমদা হনজিনবা। (কনাদা তাই লাদা তাই, ফুংনাক শংবী হায়বহ্নি পেম্মা)।

ক্বা মতপ অমনা চিন পেন্নে ঃ— য়াম্না পুথোক্তুনা হোংনরু-প্রবস্থ ৱাহৈ ব্যবহার ফজনরগা অহুম পেন্নে। মুংশিনবনা কৈ।

কাহা-মাং খুজায়-কাই তারে ঃ— হোংনরুবা পুম্নমক অরেম্বদা তাবা। করিস্থ কান্নদবা শিজিন্নবা য়াদবা।

কলেজাদি তৌরি, মথুনদা থাংজৌনা য়ানবদা "ঈ" থোক্রে :— ময়নদি লৈতবা, য়াম্বাও তাবা। মশিংদা [illegible] মরিলিক লৈবা।

কাং-থোং চাইবা :—মকম অমমা পুম্বা লৈতবা। কোইনাই চাইনা লৈবা।

কাচা য়াইথু মথোং :— করিম্বু ওইনা থন্দবা থবক। মীচুম্বু থওইবীদবা।

কুম লায়না থুং থারবনা ফরকথিনি, উকংনা য়েম্লিং হুরকথিনি লৈবগুম্বনি :—মী খুদিংমক আশাগী মরম থুপ্তুনা হিংনৈ।

কেজনিংবগা য়াওজবগা, য়াওজবনা হেল্লে :— ঈচু চাদনা কেবা। ফিজেং-লৈজেং হৈতবা। তরু-তনাল শিজিন্নবা থঙদবা।

কৈনা ময়া হুন্দোক্তুনা চংপা হৌনদে :— খুংলাই য়াওদনা থবক শুবা চংনদে। দরকার ওইহুনা লৈরবা পোৎ থাদোকপা হৌনদে।

কৈস্নু কি মথীস্নু কি :— য়াকমদি হাম্না লৈনরবা, হৌদোক্তুনা ঙাংলুবা ঙমদবা কিথি কিরুম তৌবা। মীচং-মীথোক ফত্তবা। (কৈস্নু কি মথীস্নু কি)।

করিস্নু লৈতবদা সন্নজিং ওলহনবা :— অয়ায়বা থবক্তা লুনা থোকহনবা। য়াহৈ পাওদয়া চাওহলবা অমস্নুং কিহনবা।

কৃষ্ণস্নু শাবা জগোইস্নু ঙাকপা :— মী অমতদা মতম অতেনবদা তোঙান তোঙানবা থবক পিবা। থবক্তু তৌনবা হোৎনবদা য়াবা।

কুবেরগী মরল শংবা :— অয়াৎ-অপা লৈতবা। য়াম্না লিকপা।

## খ

খোঙপ্রায় শংল্লিংভেদা শন্না য়াই :— থওইদবদগী থবক শোয়ং হৌবা। থৌনা-য়াথাদনা লৈখোকল্লিংভেদা অয়াবা ওইবা।

খোংগদবা হুইনা খোংদহুনা গধানা খোংলুবদগী চৈ চাই :— মথৌ নত্তনা মথৌ শাবা, মীয়াং কমই অমত্তুং দগি কংভি।

খোংলবদি খেনম নমই :—ইয়াং তৌবা, হেদো-হেয়াও কামল্লবস্থু থুদোং থিবা লাকই।

খুবাক নামতা খুবা য়াবা হৌনদে :—মুপী নত্রগা মুপা য়াওদনা য়ুম পানবা য়াদে। সমাজ ওইবা য়াদে।

খুমক্তা যণ থাবহু মঙাইয়ে :— মফম ময়াং থওদনা চৎপা। য়াথল লৈত্তবা।

খুয়াগী ভিফুলগুম্বা :— কবিস্থু লৈতবা মাগীদমক থোয়না থন্দবা। য়াম্না উশিং-থওইদনা তৌবা।

খুট-শুপ খুদোন-হাই :— খোঙগী মুত্তি শোয়বা ময়ামগা মান্নদবা।

থল্ল থল্ল কোয়জোম্বা ওক্লবা :—থির-থির মওং চাদবা থেংনবা। য়া য়াম্না পেৎলবস্থু খুদোং চাদবা থোকই।

খুরকী ঈনা লাই শাই :— তিন্নবা মরুপ মপাং মরি-মতানা থুগাইবা মীথিংগাই ওইবা। (খুরকী ঈনা, লাই শাই)।

খুৎতা পায়বা ইতাওগী, য়াদা হুকপা ইচাগী, কুৎ লাউবা ঐগী :— ঐগী মওইয়ে হায়বা লন-থুম লৈতে। লনদি ঙসিনা ঐগী, হয়েংনা মাগী ওই। শিন-থুংনা লৈ।

খুত্থপ্ তয়া শেংপা নংনা ওমত্রগা, খুত্থপ্ ময়ি শেংপা ঐবু ওমউ হায়বা :— মুপা নংনা ওমত্রগা মুপী ঐবু ওমউ হায়বা। মুপা খোকউ, মুপী নত্তে। মুপা খো মুপী খো লৈতবা য়াদে।

খুজোক্না চোকলগা খুয়ানা য়াবা :— খয়া হেক হঞ্জিনবা। মপা-মপুগী লোনচং-শাজং লৌবা।

খোনশিদা খোনৌবী হাপ্পা :— শিদশন্নবা হৈবা। মপুক্কা মরৌ লৈবা।

খুনিং কাইবা নত্তে, থম্মোই কাইবনি :— থম্মোই য়াবমুক লুম্বা লৈতে। অনাবত্থ থাংবদা য়াবা অমসুং হকচাংদা অকনবা ইথিন পিবা।

খুদোংথিবা তারবদা নিয়ম লৈতে :— দরকার ওইমল্লবদি অচুম-অরান থিদে। খঙহৌদনা শোয়বা তম্বা ওমদে।

খুবাক ময়িদগী পাঞ্জরক্লিবনি, মতৈ-মনাও অনিসে :— করিস্থু লৈতবদগী শু-নোমত্থনা হিংজরকপা। য়ুম পানখৎলকপা। চফু-মচেৎ উয়ান মচেত্তগী পাঞ্জরকপা।

খুম্ন মখোঙদা শম-লৌবা :— থবক্তা অপনবা পীবা। বেন্না তৌবা।

থম্বনা পানা খুদপ চায়, নোংবাম্না লৈতুম হুকই :— পামজবা মুংশিবনা হেনজিনবা, অমত্থনা খোইনা থনবীদবা। মনবদা ফবা লৈতে। মীহৌ চাওবদগী খুদোং চাদবা খোকল্লি। য়াগাদা মুংঙাইবা।

খুবাক ময়ায়দা শগুন তৌবা ওন্বা :— কত্তবদা তৌবা ওন্বা মীনি। মাগী কান্নবদা হোৎনবা। মীগী খন্দবা মপুক কত্তবা অমা।

খোঙ চোৎলগা চিন চোৎলি :— থবক শুরগা কান্নবা ফংই। অফবদা হোৎনরবদি মহয় চায়।

খোন্না মতোয়না থোৎলবদি হান্নম্ :— মরৌ লৈবা মীনি, অরৈ-অরা তৌবা ওমগনি। পেৎনা চেং চংবা, থোৎনা মীনম্বা মীনি।

খংদবা মীবু খংনবা তাকপিয়ু, নত্রবদি পকৌন্না কদায়দা পান্নি হংলকনি :—খংদবদি মিৎ তাংবগা অমহানি।

খুৎ য়েৎনা তৌবা থবক ওইনা থাজদবা :— মরানা তৌবা থবক মতুনা থাজদবা। পুকচেল-খোয়জেল তিন্নমা লৈতবা।

খিত্তা হৈবদি অকিবগী মশকনি :— মপুং ফাদবা খুদিংমক কান্নদে।

খোংলগা খঙগনি :— থোক্লগা খঙগনি। থবক তৌরগা উগনি।

খুদোং-চাবা ফংলবদি সাধুম্ হুরান্নি :— পুকচেল শেংবা কনাম্ লৈতে, মতাংবু চানবদি। খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনরকই।

থাবৈ-থারা শাবীরে ইমুং মহি লাংলে :—অপুনবা অমা ওইনা লৈরিবা মীশিংদা, অমদা অমা হায়জনবা থোক তৌবা। (থাবৈ থারা শাবীরে, ইমুং মহি লাংলে)।

খিৎত্তা থাংগৎলগা য়ৈরবম্ দোং, য়াম্না থাংগৎলগা য়ৈরবম্ দোং :— খিৎতা হায়রগম্ চৎপা, য়াম্না লাওনা শংদোক্তুনা হায়রগম্ চৎপা। তপ্না ইংনা হায়বনা ফৈ।

খোমনা পুক থনবা য়াদে :— খুৎ য়াওদনদি, খোন কজবনা চাবা য়াদে। মতাং মতম অমম্তুং মকমগী মতুং ইন্না ব্যবহার তৌবা কৈ।

খোইদৌ-খিৎপময়ৌখ ভাংবনি :—শাওবদা লুক্তোন কাবময়ৌখ ছায়বনি। মমৈদা থবক্তু শোয়রকপা।

খোংদনা চিকপা হুই :—তুম্লিন্না লৈরগা থিনা হায়দোকপা। মতুংদা মরৌ লৈবা। য়া ইভাং-ভাংদনা শাথিবা মওংদা তৌরকপা।

থাংবা কল্লগা ফমেন ফমই। শাইবা কল্লগা ওইনম্মি :— থাংবা কনবনা তুংদা ওইজরকই। মায়থীগ্রবা থবকন্তু হন্না হন্না হোৎনরগা মাই পাকই। কুইনা-শাংনা পুম্লিরবদি মথল-মথেল উবা কংই।

খুল, লৈকাই হৌরবদি, থাংজৌ পায়তনা ইন্নু হায়বা লৈ :— মীয়াম হৌরবদি তুং ইনগদবনি মীথামগী খোল্লাও ঈশ্বরগী খোল্লাওনি। মীয়াম্না শাসন পাই। লৈবাক্কী ইহৌ ইনগদবনি।

খোই মহুমদা চৈনা থিনবা :—শাওহুনা লৈরিবা মীহুদা অমুকন্তু হেন্না শাওনবা ইথিন পীশিনবা।

খুরাইদা থাংতেকনা য়ানবা :— দণ্ডি মথল অমা। খীথিবা অমুক হন্লিংদনবা থবক তৌবা।

খুরোৎপিনা শিন্নাই পুংদা অহৈ শাবা :— মহৈ হৈতবনা, অহৈ-অপা শারবা। মতিক মগুন লৈতনা মীয়াম তিনবা মকমদা অথক-অহৈ শারবা।

খুরাইগী সাধু অমগা, বাংথৈগী ডাকু অমগা মাপ্নৈ :—অমগা অমগা মাল্লদে। মী-মীগী তোঙান-তোঙানবা মগুণ লৈ।

খুত্নুনা মথোংদা কল্লি :— মরৈকাইদা চাওবা, মীমাং থোকপা ঙমদবা। মাপ্পী-মাপী জগা, হক-কায় থোকপা মকমদা চাওনবা।

## গ

গঙ্গা থকপা অঙাওবা, জুরার শাম্নবা হুরানবা, কানি চাবা অপংবা :— নিশা খুদিংমক্না মীওইববু মাংহল্লি। হায়রিবশিং অসি ময়াই কাবা পোংনি। কানি চাবদি ককচেংনা পুবা চিনি মুল্লগা চায় হায়নরিবনি। হিদাক ওইনা থরা কান্নবা য়াওরম্বা য়াই। মনবদা অফবা অমতা লৈতে।

## ঘ

ঘাৎ-পাট নাইদবা মীদি চোপ্পা নংই :— থকসি-থাসি থংদহুনা মীমাং ফম্বা ; চোপ্পা অমম্তুং ইকাইবা য়াওগল্লি।

## ঙ

ঙসি শিনি পাওজেন্দে, হয়েং শিনি পাওতাক্তে :— শিবগী অকক্নবা মতম লৈতে। শিবদা নহা-অহল খায়দে।

ঙাপ্রুম্বা উ কাবা উতোন লোমইদা, থরোয়না মী চিকপা শরু ফংইদা :— তৌরকনি থাজনদবা থবক তৌথোরকপা। মুংগী ওইবা থবক্তি।

ঙাঁয়োই কায়া হঙোই চোংলে :—মী-নচিংবা জীব পুন্নমক প্রকৃতিগী মথা পোল্লি। মতমগী মতুং ইমা হয়াও-তরাংমনা লৈ।

ঙাংবদি ঈশিং লিংতে, ত্তোথোয়কপা থবক্তি থুং লাওই :— খুংকা চীনগা মান্নদবা। চিন্দোল-লৈত্তোন ফবা।

ঙারাকপীনা ঙা লাক্লগা ত্তোথ্রাদা পীবগুম্বনি :— হুয়াল্লুবা পোৎ হুয়ানবত্তুবু ঙম্বা থেংনত্তুনা লৌখিবা। অকনবনা অচুম্বা শকপা।

ঙমু লুকং চাবা, হীদাক মৈথুম থকপা, শামু শনিং তোংবা :— হুপী তুমন লৌবা। ইংনা পুক্লিং লৈতানা য়ুম পান্দবা।

ঙাখা অতেকপা চায়া অমা চারগা লাইগী থুয়া তানজগে :— চানিংবা ইনশাংনা হাওবা। অপাম্বা শক্লা ফজবা।

ঙাপ্রুমনা শেল পুবা, হঙোইনা জামিন য়াবা, লিলনা হঙোইদা শেল থৌবত্তু তাত্তুনা তোকনি :— থাজদবা মীগীদমক পাম্বোম তিংগম্নু। মমৈদা চোপ্পা অমসুং ইকাইবা নংগনি।

ঙাংবা হৈবনা খুলাকপা শকই :— মীদি ঙাংবা হৈবনা প্রমান চানবু পীরবদি চুমলে। য়া য়াম্না মরম চানা ঙাংবা। য়াঙাং-শাঙাং হৈবা।

ঙাসেপ চিবান্দোংনা পেম্মা ইতৈ লৈ, খোংবান ঈশিং কংলবা মতমদদি নংস্নু ঐস্নু পুমশি :—ঙমলোইদৌবা থবক্তা হোয়া ফবা। থৌনা ফদোকপা। মমৈদা উপ্যাই লৈত্তুনা দশা তাবা।

ঙাথানা ঙারেন হৌগুন্নি :— অমুক্কা হৌরা নোংঙ্গুন্নি কুই-রোইসৌবা থবক। চনিং লৈতাদনা তৌবগুম্বনি। কল্লিগু লুনা থন্দবা থবক। (ঙাথানা ঙারেন হৌগুন্নি)।

ঙকিগী সোরাংসিদি উরিয়া ভারোক্কা পিক থনখ্রে :— বার্তন তৌদনা লাকপা মীনা য়াম্বা। মানা লাংজরিবনা খিংতা। পোং য়েনবা থুংদবা। (ঙসিগী সোরাংসিদি উরিয়া ভাবোক্কা পিক থনখ্রে)।

## চ

চেং-পুরা চেং-শিং, ফৌ-পুরা ফৌ-শিং :— চপ চানা লমন শিংনবা। মীগী মতেং লৌরুরবদি মীতুগী চপ-চানা মতেং পাং-গদবনি খুৎলং লমন শিংগনি। (চেং পুর-চেং শিং, ফৌ পুর-ফৌ শিং)।

চিন কনবনা অচুম্বা শকই :—চিনফেন ফবা, ঙাংবা কনবা, অরানবদা লৈখতুনা চুম্বা ঙাংবা। মচিন থীবা রায়াম ঙাংবা। ইকাইদবনা অচুম্বা শকই। পুকংবনা শানোয়বা শকপা।

চুহিদা থুৎ খিংজল্লুরবদি চুহি খরদি পকলকই :— অফবা থবক্তা হোৎপু-হোৎনরুরবদি ফল খিত্তা ওইরবস্থ ফংই।

চাক চাও মাং থাও।

চিনবান্দা খোইহি তৈবা মবুকনা "হু" ফুম্বা :—মবুক ফত্তবনা মচিন্দা অফবা শাবা। মরৌ লৈনা থবক তৌবা।

চয়েং-খোয়েংনবা থবক :— নাখৈ শেংদবা থবক ওইবা। অমগা-অমগা য়েৎনহুনা লৈবা।

চাগা য়েংনা চাদিং তৌ :— নিং-মাং য়েংনা অমদি লাকইবা অতুগী মতুং ইন্না থরচ ভৌবা কৈ।

চেকশিল্লগা চেক-য়ুম শায়, ফাদোক্লগা ফারা শায় :—মাংহন-দবনা কান্নবা ফংই। মতম পুম্নমক্তা চেকশিনবা কৈ।

চাসি মরু, হুন্দোকসি মতোঙ, পায়শিল্লগা শিগত্রা, থাদোক্লগা পায়খিদ্রা :— ফত্রবসু থাদোকপদি য়াদবা। অপাম্বহু ফংত্রগা অমদি অশোয়বা ঙাক্লবা থম্বা।

চিন্দা-পোদানবা, ইমুং মহি লাংই :— অমগা অমগা থৎনবা, মত মান্নদবা য়ুম্বান মুংঙাইতে। ইমুংগী মীশিংহু নারি ভিন্নদবা।

চাগনবা য়াংগংবা, ঙুগনবা লাইরবা :— রাথলনা লমজিং ওই-দবা, পংগুদা গুবা অমশুং পংনোমদা নোম্বা, মহৈ নীংখিনা ফংদে।

চানিংবা ইনশাংনা হাউবা, অপাম্বদা লান্নবা :— মাপী মাপী অপাম্বা ফংলগা পেন্নে। হন্নাউনৈ মুংঙাইনৈ। (চানিংবা ইনশাংনা হাউই, অপাম্বদা লান্নে)।

চীংদা লংথোকলে শীং পুন্নকপা, ঈশিংদা লংথরে ঙা পুথং-লকপা মীনি :— থবক ওম্বা মীনি ; মুবা নোম্বা তনদবা মীনি।

চিন অমতভা লৈ অনি লোংবা হৌনদে :— ঙাইহাক লৈন্না অমা ঙাং, ঙাইহাক লৈন্না অমা ঙাং ভৌবা হৌনদে। (চিন অমত্তনা লৈ অনি লোংবা হৌনদে)।

চীংদা শাংপা ইওেনলৈ, চিন্নদনা কেনখিবা কলকই-কলকই দে :— কান্নকম চন্নফম খংদবা, মপাল-মচুম চাদনা অয়েম্বদা মাংখিবা।

চামিন্নবা হাওই, পুমিন্নবা য়াংই :— থবক পুন্না তৌমিন্নবা, পুকচেল খোইজেন তিন্ননা থবক তৌবা থবক পাওই। লিংজেন মান্ননা থবক তৌবা কৈ।

চাক চগ্রিং অমনা চেং চেংকোক অমা মাংই :— অমনা ফত্তবা তৌরুরগা ময়াম চেনথবা। ( চাক চগ্রিং অমনা চেং চেংকোক অমা মাংই )।

চাওজন থীবনি :— হোম-হোম চাওদবা। মতম চানা মপুং-মরৈ ফাদবা। চাওফম থোকপা শরুক্তু য়ৌনা চাওদবা।

চম্প্রা মশক থিরবস্থু মগুণ লৈবা হৈনি :— মশক থিরবস্থু-পীক্লবস্থু মহৈবু-হৈববদি মগুন লৈ। ( চম্প্রা মশক থিরবস্থু মগুন লৈবা হৈনি )।

চফু কায়রগা ক্লাক্লা হরাওই :— ইমুং মন্নুং খংনহুনা, কায়নরগা অতৈনা হরাওবা। কলক পেন্নবা য়াওবা।

চাদশিন্না চখোমজাও, যেংদশিন্না মিৎলাওবী :— চাস্থু চানিংবা য়েংস্থু য়েংনিংবা, মীমাংদা ইকাইবা।

চীং কাগে নীংলগা, চীংথোঙদা ফমহুনা লৈরগা চীংদোন য়ৌ-গদবা নত্তে :— পুক্লি দা নিংবা, চিন্দা মঙাংবা, খুৎতি য়াওদবনি।

চাক-চান্নবা লাইর তাল্লি, ফি-শিংনবা ফি কংই :— মী অমনা শীজিন্নরিবা চাংচগী হেন্না পুথোকপা। অহাওবশিংদা হাওনবা

হাপচনবা, হেন্না চাদিং তৌবা। কা হেনবা থবক্তি মচৈনা [illegible] লাকই।

চহি য়াঙ্খৈ থবক য়াঙ্খৈ চহি হুম্ফু থবক হুম্ফু :— অহল ওইরকলগা থবক য়াম্বা। ইমুংগী অমম্লং অতোপ্পশিংসু অকুপ-অতাগী থবক য়াম্বা।

চানিংমল্লবসু লেক্তুনা তোকই :— মরম চাদনা কা-হেন্না পামশিল্লুরবসু ফংদনা তোকই। মীওইবনা অপাম্বা থুদিংমক থুংগদবা নত্তে।

চৈনা অপংবগী হিদাকনি :— খওদবা মীদি অম্রাবা চৈথেং ফংলগা শিংলকই। রারক-রাতেম্বগী থবক চংদবা য়াদে।

চাকলুক্তগী ঙারৌ লাকপা :— হাম্না মীনা তৌবা হৌরম্বা কান্নবা থবক ঐনা তৌনি হায়দুনা চোংশিনদুনা তৌখিবা।

চরোং হাবুংনা লাই শাই :— কিরবদি রাখলনা অমুক কিবা হেঙ্গংহল্লি। অকিবদু পুক্নিংদা ফাওরকপা।

## ছ

ছাত্রি শাদুনা চংলে :— মুপী (অতলনা) অঙাংগী, নহাগী ফিজেং শেংলগা চংপা, পবচদবা। অহল-নাহাগী ফিজেং খওদবা।

## জ

জাং নাইদবা মীয়া, শাগৈ নাত্তে লৈকম থোকই :— মপা-মপু মশক খংনা রা ঙাংদবা, থকসি-খাসি রাংলবা। মীয়াম তিল্লগা

কজদবা য়া ঙাংনরুবা। ( জাং নাইদবা মীরা, শাগে-নাতে লৈফম থোকই )।

## ঝ

ঝম-ঝম, সোত্রো-পোত্রো :— তোথোরকপা খুদিংদা মিং ওন্দবা। নিংথৌ মনাই চুমত্রিং হায়রবত্থনি। থবক য়ায়োং থোক্তবা অশেং-অমাং থংদবা।

## ত

তিংথং অমা য়ুরবদি, তিংথং অমনা হনগদবনি :— লান্দি লালনা মায়োক্লগনি। অতা-অতাবী তৌবনা কৈ।

তাইবং মীশী মচিন মেনবা ঙমদে, খোমজিন চামদি মেনবা ঙমই :— মীওইবনা ঙাংথোকখিবা খুদিংমক পাক্লা চাওনা শন্দোক-লকই, লৈতোনদা শক পানদে। ( তাইবং মীশী মচিন মেনবা ঙমদে, খোমজিন চামদি মেনবা ঙমই )।

তাংখুল অহল পোথাং পুনবা :— অহল ওইরগা থবক য়াম্না তুবা। পাল্লি তাবা থবক।

তুমিন্না লৈবনা ফরবনি :— মীরা তাদবা। য়ায়াম ঙাংদবা। তৌরত্রবনিনা খুদোং থীবা থোক্তে। মীনা ব্যবহার তৌনৈ।

তুমদবা মী হৌদোকপা লুই :— থংলবস্থ থংশিন্নদবা শাবনি। হায়রুবদা কান্নদবা। পাংতুম হৌদোকপা য়াই।

তাইবং মীশী মপুক শাউন্না থুমনি কনানা থংগনি :— মচিন্দনা অমা মবুক্তনা অমা তৌথোক্লক্লিবা থবক্লা থংই। নিয়ম তৌবা কৈ।

তাইবং মীগী মাই খুদোন অনিদা পাকপা অসিদি য়েংবা ঙমদে, শামু মমাই য়াংকোকমুক পাকপা অসিদি য়েংবা ঙমই :— তাইবং মীগী মিৎ-মাই, মরূপ মপাং য়েংনবসিনা অকনবা থবক চৎথবা ঙম্নদে। মীওইবদি খঙনবা অমস্থুং মুংশিনয়বদি কন্তবা থবক মায়োক্তা তৌবসি য়ানা থোকই।

তায়-তম্নগা হৈবা, উরগা খংবা ঙাক্তনি :— য়ারি তাবা, মহৈ তম্বা, ইশৈ-বল্লা, সঙ্গিত, শান্নবা, লিলা, ড্রামা পুম্নমক চয়াং-নবা মীওইবগী পুন্সি পোথাকমনি। অমোৎপা শেংদোকপা অমস্থুং অফবা পুররুবা হোৎনবা ঙাক্তনি। অলংকার অমস্থুং সমধোন কয়া য়াওদবা নত্তে, অফ-অফবা লৌশিনগনি। ( তারা তমলগা হৈবা, উরগা খংবা ঙম্বা ঙাক্তনি )।

তুমলমদাইদা পান লৌবা :— মতম লোইরমদাইদা থবক তৌবা। হন্নরগা অঙাং পোকপা, অঙাংশিংতু শেম্বা ঙমদবা, মহৈ চাদনা শিবনা হানবা। ( তুমলমদাইদা পান লৌবা )।

তান-লুম্বনা তান থারে, মপুং ওইবনা লৈহোরে :— মপুং ওইবনা থৈদোকতুনা লৈবা, মশা ওইবনা ঙাংন-শানবা।

তুথি-নানা থবক তৌবা য়াদে :— করক-করক য়েংনছুনা থবক তৌবা য়াদে। য়েংশিন্নবা থবক তৌবা চুমদে অশোয়বা য়াওগনি।

তিন-কী লাইকী-দবা মীনি, নাপ্পা অমন্থু তৌই :— অকি-অয়াক কয়া য়াওদবা। মমাই কনবা, ময়ামগা মান্নদবা।

তাইবং মীনা চখোম হুক্লিঁডেদা ভুমর ওইবা কংদবা :—
মোনমনফুনা চানবা হোৎনবীঁডেদা অথু-অকাই নংদবা।

তোকণ্ডা শল্লোকপা. উতোং অহোবদা ঈশিং হৈবা :— ওই-থোক্লোইদোবা, ওইদ্রিবা ম্নাক্ব ঙাংফুনা মীগী পুক্নিং লাংতক-নহনবা। মুমকম য়াওদবা থবক মক্ষমনি।

তরাগী চৈশুনা লেংথোঙ ফায় :—ময়াম্না পুশিনলক্লগা মপুং ফাবা ওইবনি। মীয়াম চাবা ইমুংদা অমত্তনা থবক শুরগা লৈবদি ম্নাই, থুং মাম্নবা ফৈ। লিংজেন মাম্নবা ফৈ।

তান চাবা নাম্থোকহনবা হৌনদে :— থুদোং চাবা নাম্থোক-হনদবা, মুমিৎ থুদিং পুর্ণিমা ওইদে। হৌখিবা মতম অমুক হল্লক্লরোই। অফবা থবক থুনা তৌগনি। ফত্তবা থবক মতম য়েথোকউ।

তঙায় ফত্রবদি আইন চঙদে :—তৌদবা য়াদবদা আইন চঙদে। আইন মীনা শেম্বনি। ফনবা, কায়দনবা তৌরবদি অফবা ঙাক্তা ওই।

তুমিন্না লৈরবদি য়াররবনি :— থন্নরিবা ম্নাফম অমদা মোত অমত্তা পীদ্রবদি ম্নাররবনি হায়না লৌনৈ।

তম্বদা অহল ওইবা লৈতে :—থংবদা কান্নদবা লৈতে, তম্বগী লোয়বা নাইদে।

তুরেনগী ঈশিং হংগৎনা চেন্দে :— মসি মথৌ মশক থঙদবা থরগী মোতনি।

তান চারগা ফোলা চাই :— দাও য়াররবদি তৌরুবা থবক থুদিংমক মপা চুমই।

তাইবং মী ঐথোয় পুন্না লৈমিন্নরিবসি উনা অপুংবদা কায়দোং-মিন্নবনি, থংনরুতুনা করি কান্নগনি :— মীওইবগী সমাজ লৈ, মাগী মাগী শিনফমগী মতুং ইন্না ময়াম পুনশিন্দুনা লৈ। মতম লোইরগা চংখিনি ( শিখিনি ) কনাসু থান্বা থিংবা ঙম্মোই। অমর লৈত্তে। মীদি মুংশিননা লৈবা ফে।

তোংজৈ মরিন্দা শামু লিংহল্লু হায়বতুনি :— ওইথোক্লোই-দোবা রাফম হায়বা। চংনদবা রাফমনি। লৈতোন্দা শরু পান্দবগী হায়নবা। ওইদবা থবক্নি।

থ

থিক অনেম্বনা থা অরাংবা লাম্বা :— মপা চাদনা অহেনবা পাম্বা। ঙম্মোইদোবা, ওইরোইদবা থবক্তা হোংনরুতুনা কান্নদে।

থাংগোন থৌদবনা, লোয়দাং কুমলেম্নবা :—হোংনরুবদা উপাই লৈতবা। লৈন্নিবতুনা য়ানবা হোংনবা। নিংবা খুদিংমক মপা থুংদে। ফত্তে থওই অতুবু অতোপ্পা শিননিংঙাই লৈতবা।

থী ফাইবনা ইকাইত্রগা, অউবনা ইকাই :— চংনবীদগী হেজিন্না তৌরকপা অউবনা ইকাইবা।

থবক খুদিং রায়োং থোক্তে, কাংখথাং ওইতুনা তোক্কনি :— অমদসু অমদসু চান্নদবা। শীংথাতুনা থম্বা য়াদবা।

থম্লাল হেক্কে নিংলগা তিংথং উবদা হনবা :— সুপী লোগে হোংনরম্বা মীকিথি ওইবদগী নিংহন্নবা। মপুকচেল লেপ্তবা।

থেব থেঙ্গু লমজেন তান্নবগুম্বনি :— হোৎনবা লেপতবনা তুংদা লাকচবা।

থবক কৈ ইবুংঙোদো, খুমাঙ চাওশিন্নি :— তৌগদৌবা লৈয়বনি হায়হ্নুনা হন্না থবক্তু তৌশিল্লুবা।

থী-ভাইবোৎ চোলোম তৌ, অউবনা খুবাক খু, উদবনা পুং য়ৈবা :— থবক তৌরীবা অহুনা ইকাইদবা অউবনা ইকাইবা। দরকার লৈমন্নবদি ইকাই-ইকি য়াংমা লাল্লি। প্রাকৃতিগী অভাবী লৈজে। অউবা অমস্নুং অথওবশিংনা মাগীদমক্তা ইকাইবীবা।

ফুংনাক রারী মতেক :— থাইনা মমাংঙৈদা নিংথৌগী অচানবা মন্ত্রি (মনাই) ওইনাম বিজান্দো কৌবা পাইরক্কী লৌশিং-শিংবা অমদা লৌশিং য়েংনিংহুনা নিংথৌনা হায়। (মহাক মতম চানা লোইশং কাগন্দে)। ইপুগী চাক-খুম-মাংদা ওসিদি খোঙ হামজিনবা (থী কাইজিনবা) তারে। মন্ত্রিনা খুমখি সনা য়াথংদি লৈখা তাবা য়াদে। কোইরৌ নোংমদোন্দস্ম্ন কাফদে। খুদক্তা থৌরাং পুন্নমক লোইখ্রে। নিংথৌদা হঙ্গৎলি লেংশিনবীবা য়ারে ঐগ্যা। খোঙদমক হান্নীগদবনি হক্কী ঈশিং য়াওবীবা য়াদে। য়াগী লান শোক্লবা অহুদা মাইথীরে। নিংথৌ খোঙ হান্না ওমদ্রে। লৌশিং শিংবা নিং-মাং, ওই-য়েৎ খংবা মীদি মফম খুদিংদা মাই পাকই। তাহৌবা অখংবা মীশিংনা পেন্নহুনা নাকোয়ননা লৈথোক্লগা খুবাক খুহুনা চোলোম তৌহুনা নোক্লখি হায়নৈ।

থম্মোইদা তাশোন্না থিনবা :—মীগী মপুক্লিং মুংঙাইতনবা য়া ঙাংবা। অথীবা য়া হায়খিবা কাওগনদে।

থোন্নবী থোন্নবা, লু-কোকপদা লেন তাবা :—অরাবা তাহনা লৈরিভৈদা খুদোংথীবা হাপচিল্লকপা।

থাগত্তুনা তিকী পীজবা :— থাগত্তুনা থবক তৌহনবা।

থিঙেন্দা তায়নবা ঙমত্রগা, নাশিখোংদা তায়নবা :—অকনবা অচৌবদা তায়নবা ঙমদত্তুনা অশোনবদা তাইশিনবা।

থৌবান্দোং চফু্বু কায়নবা য়ৈবরা :— ফহনবিংবদগী মচাবু মমানা ফুবা। ফনবগী রারক-রাতেমত্তুনা হোংনবা।

( H. S. L C. Exam. 1986 Manipur )

থানা মনাক য়ুমশাত্তুনা লৈবা, থোঙ্গান্দা চঙ্গ্ থাবা :—তুমিন্না ইংনা লৈবা য়াদবা। তিহোন-তিহোন থবক লাকপা।

থকসি খাসি খংদেদা, কনাগী মচা-মগুনো অনি তিম্লে মরুপনি, অহুম ফমলে সভানি :— মী তিল্লগা ব্যবহার লৈতবা রা ঙাংবা। মকম অত্তুগী চংনা-লোনচং খঙদবা মী।

থাংজিংনা কুমদঙ্গা কুম কাংবত্তু মঙাইরে :— থবক শুবা ছৌরম্লগা থবক্তু লোয়দনা মতম খরা লেপশুম তৌবা অমুক হেক খরা শুবা। চরক-চহিং নাইবা। ( থাংজিংনা কুমদঙ্গা কুম কাংবত্তু মঙাইরে )।

থবক হৈত্রগা খুংলায়দা তাইনবা :— চিন্দা কবা থবক হৈত্তবা। মতম য়ৈথোকপা। খঙদবা-হৈত্তবদি অরাবগী মশকনি।

থাশিবু অসুম ওইত্তুনা লৈগত্রা, নোংমম্ভু পুর্ণিমা ওইগনি :— ফত্তত্তুনা অসুম লৈরোয়, নোংমদি অফবা শোইদনা লাকনি।

থাজদবা ফুমদা লেম-লৈ ঙা পকই :— থাজদবা তৌগন্নু মী মীগী তোঙান তোঙানবা মগুণ লৈ। শক্তি লৈরমলোইদ্রা নিংলুবদা লৈরম্বনি। ( থাজদবা ফুমদা লেম-লৈ ঙা পকপা )।

থম্মোয় কায়বা য়ানি ঃ—মুংঙাইতবা অয়াবা য়াফম্মি।

থাজদবা ইংখোলদা ওইদবা পাম্বী হৌবা :— ওইরোইদৌবদা অওইবা শাবীন্নু। তৌরোইদবা থবক্তা তৌগনি হায়জিনবীগন্নু। ( থাজদবা ইংখোলদা ওইদবা পাম্বী হৌবা )।

থাজবনা লাম্নৈ :— থাজ-থাজরুবনা ঈশ্বর ওই। থাজরুবদগী মম্নৈদা অশোয়বা য়াওথিদবা নত্তে। পুক্লিং হুদ্ধি শেংলবদি ইফদা কৈ। ( থাজবনা লাম্নৈ )।

থী ইতৈ হেক তৈনৈদা:— অমনা ফত্রগা ময়াম চেন্নবা। চোপ্পা, ইকাইবা ফংবা।

## ড

ডাকুগী মথুত্তগী ডাকাতিনা লৌবা :— অঙম্বনি লৈবদগী হেন্না ওম্বা লাকপা। ( ডাকুগী মথুত্তগী ডাকাতিনা লৌবা )।

## দ

দোলাই তোংবম্নীদমক য়াইকুপ পুবীনা য়ায় :— মীগীদমক্তা য়াবীবা। মী-মীদা লৈ। মীওইবগী মশাদা মহৌশানা মীয়ুংশি লৈ। দয়কার লৈত্তবা অমগীদমক্তা য়াবীবা।

দশা ফত্রবদি ওমু লৈরৌ হৌগত্তুনা চেনখি :— তৌরু তৌরুবা থবক কান্নবা ফংদবা। দাও য়াত্রবদি থবক মপা চুমদে।

দাও য়াত্রবদি মৈ কাম্বা হৌদে :— তৌরুবা থবক খুদিং কান্নদবা। থবক্তু তৌরুবদা মঙোল ওইরক্তবা।

দোষনা-দোসি ওইনা চাকপা :— মপাম্বা মপাপ চাবা। ফত্তবা থবক তৌরুবগী মহয়দি ফত্তবা ওই।

## ধ

ধম-কাদি শোয়ারেন, তৌথোরকপদি উরেম্বী :— য়াজাও ডাংবা, মরন লৈতবা, মহৈদি থুং লাওবা। কুতোন মপু য়াখোংদা লোৎপা। ( ধম-কাদি শোয়ারেন তৌথোরকপদি উরেম্বী )।

ধম-কাদি, মশাদি য়াচেৎ তংথায়দা মিছন পাল্লি :—অকনবদি শাবা মশাদি শোনবা। মন্নিল লৈবা, মশা পাবা।

ধম-কানা কাম্নবস্নু ময়াওই, হৈহৌত্রবদি য়াজাও থোকই :— থোক তৌবদা হৈহৌত্রবদি ঘটনা মায়োক্নে।

ধন আছে, কৃষ্ণ আছে :— মরল লৈবা মীগী মী য়াত্তে হায়নৈ। লল লৈবা মকমদা মপু লৈ। পুন্নমক ( ঈশ্বর ) মপু মাগী থুংশেন্নি।

## ন

নীংবু নীংলবদি থোক্লবা অমা লাকই :— অহনবা লৈতবা পুন্নিংগা লোয়ননা কন্না হোৎনরবদি থবক অছু পাঙথোকল্লি।

নৈর-নৈর অমৃত ফংই :— হন্না হন্না হোৎনরগা অকবা কল ফংই।

মুং অনিগী মরক্তা হা ওইবা :— অমগীস্থু-অমগীস্থ ফনবা হোৎ-নবা। তৌফম খণ্ডবা। থৌনা ফনা থবক তৌথোকপা ভমদবা।

নহানা মাই-শাবা মং থনবা :— অহে-অপা শাবদগী থবক শোয়বা। তিনথেৎ-লাইথেৎপদগী অরাবা নংবা।

নিংথৌ মনাই চুমজ্রিং হায়বা অহুনি :— তৌরিবা থবক অহুদগী হেন্দোক্তবা। হায়না-তানবা লৌদবা ; মথৌ অহুদা অহুম লৈবা।

মুং অতেকপা শম্বা য়াদবগুম্বনি :— হায়দোকখিবা রাকম হোংদবা। মমুং কনবা শাখিবা অমা।

মুপী মমাং কলেজা তৌবা, চাং তাহুনা তোক্কনি :— মুপী মমাংদা হায়দোকউনা রাকম ভারবা হোৎনবদা রাবা। নাপলনা মাং থাবা শোয়গল্লি।

মুংদা ঈশিং চাইবগুম্বনি :— রাকমহু করিগুম্বা অমতা লৌদবা, কান্নদবা ওইবা। হায়রুহুনা করিগুম্বা অমত্তা কান্নরোইদবা।

মুপীগী লৈতেং মপুরোইবনা ওই :— য়ুম পানবা মুপীগী মরাইবক্তি মপুরোইবা ফবনি।

নিংথৌদস্থু মৈত্তান রাৎলি হায়বা লৈ :— মীওইবদি অরাৎপা লৈতবা নত্তে। রাত্ত-পাদবা হায়বসি তাংনা থোকই।

নিংথৌদস্থু মতুংদা মপা চৈ :— মীগী মতুংদা ভাংবা চৈবা, মশা রাওজ্রিত্তৈদা চৈবা। মীপুম থুদিংদা থোকই।

মুংশিং শিত্তনা উনা লেঙবা হৌনদে :— মরম লৈহ্নুনা মীনা ঙাংনবনি। হায়রুবা, তৌরুবা খবক মরম লৈবদগী হায়রিবনি।

নাম্মা হায়রিঙৈদা য়াদ্রগা, পাবোং লোল্লগা য়াবা :— চুম্মা হায়রিঙৈদা য়াদ্রগা, রা থোক্লরগা য়াবা। দঙি পাল্লগা য়াবা।

নোং মংদনা ভ্রজ তাবা :— মরম লৈতনা খংলাও লাওবা, শাওবা। খঙহৌদনা অরাবা ফিভম লাকপা।

নাচল মথীনা পাওহোম্বা :— খংহনিংদবা রাকমহ্নু মতেক্লা ময়ানা ঙাংথোক্লরকপা, চিফেৎ-চিফেৎ ঙাংনবা। (নাচল মথীনা পাওহোম্বা)।

নোংগোবী কৌবী চেক্লানা লাইজ ইথৌ লাংলহ্নুনা রাশা কৈরা থক্তা তোংহ্নুনা লাইজা লিক্লা ঙাইবগুম্মা ঙাইজরি :— দরকার লৈনবা অনি, অমনা অমবু উল্লনবা ঙাইনবা।

নোংমা ঈশিং, নোংমা ঙা হায়বহ্নুনি :— মুমিৎ খুদিংগী ফদনন্তা লৈবা নত্তে। মুমিৎ থুদিং পুর্ণিমা ওইবা নত্তে। নোংমা খরা মাং নোংমা খরা তোংবনি।

নিংথেমগীদি পুজারি, ইমাগীদি ইবুংঙো :— মীগী মমিত্তদি থিজরবস্থু অমস্তুং ফত্রবস্থু মমাদদি মচাদগী হেনবা লৈতে। মফম অমদা মমল লাইরবস্থু মফম অমদা মমল তাঙই।

নাম্মা শেবাংনবনি, মালং খোঙগাওনবনি মনিংলোম্নদা ফাও-গদবনি :— মীনা হায়রিঙৈদা রাহং পাওহংহৌদবা মানা থোকপা অমা তৌরকপা। নাকন-হৈগরবা অপংবা অমা।

নিংঙাই-মলাইদবা :— থওই য়াওইদবা। থুনা থবক তৌদবা। লেংঙম-শাঙমদবা।

নাপলনা তৌরিবা, মহৈদি থুং লাওদে :— থংবমা থজিক্লা ঙাংবনা পণ্ডিত ওইবা। অখণ্ড-অহৈ শাবা অম্রসুং চাওথোকপা মী।

নংগী শুমাং শিত্তনা, মীগী শুমাং শিংকনু :— নংগী ফনবা তৌথো, মীরা ঙাংগনু। মশাগী অশোয়বদি ফোংদোক্কে। মীগী অশোয়বদা থীরুই।

নামৈদি চরুনা শমলে, কলেজানা তৌরিবা :— লাইরিক্তনা পুথোক্লিংঙাইদি লৈতবা, মতিং উৎতুনা য়াজাও ঙাংলুবা। মরিল খাবা মী।

নিংথেম মুবী কৈনা চাবা হৌনদে, লাঙ্গোন শীং চনবদা চাবনি :— ইনাক খুনবা মুপী মপান থোক্কে। লাইরবদি মথোঙনা চৎনা মমং থি। লৈত-লাইরগী নায়ক-মোংশোং চত্তুনা শেল ভানবদা খুদোং চাদবা থোকপা।

নপাম খাবৈ অমা নরা-ময়ুম খাবৈ অমা :— নিঙোল্লা ময়ুমদা লোনচৎ অমা। ময়ুম পাল্লগা লোনচৎ অমা। লিরি-খোইরিনা থবক তৌবনা মুপীগী মগুন্নি। য়াঙাং-শাঙাং লিচৎ-শাজৎ মুম-পানবী মুপীদি হোংদোকপা কৈ। লৈশি-লৈথোল্লা ঙাবনা মুপীগী মগুন্নি।

নিংথৌ মনা ফক্লাংদা থেংলি হায়বত্তুনি :—হায়দোগ্রবা য়াফম তারক্তবা লৈতে। য়ারেম ঙাংত্তুনা শক্তি পায়বগী মরমদা য়ারী শাবা। তাহৌবা য়াওত্তুদা মমৈদা চোম্লা।

মুংশিং মাইরক লশিং কাপ্পী, [illegible] থংমন্দুনা জগোই য়াওহন্দবনি :— [illegible] মীয়া তাফমদদা থবক তৌবা।

নাকোং অসি শীংজানা য়ৈরে :— তানিংদবা য়া তাংবা, চৎনবী য়াওদবা, য়ানিংদবা য়া তাংবা।

মুংগা য়েরুমগা থেংনবা :— লাম্বা চানদবা। অশোনবনা তুবা। মতিক মপা ওইদবা।

নারৈবা হৈবা মীনি :— লৈথোক্তুনা য়াওদবা ওম্বা মীনি।

নিংথৌগী থবক্তি য়েতুম পুংনাদা পুই :— ময়ামগী থবক্তি অমনা অমদা ইনথোকনৈ, মমৈদা পুন্না য়ামিন্নৈ।

মুংদেংকোৎপু ফেংলগা লংবা হৌনদে :— কুচু মুবা মীবু তকলগা তৌরোই।

নোম-নোম শাগাই তোং, চানবা লৈতে তখেন-থাও :— দয়কারদা, অচুম-অয়ান থংদে।

নকালিনা পিক থনখ্রে :—তৌ-মান্নবা শেম শাবা। অশেংবা নত্তবা। ওইদবা কয়ানা অচুম্বা শাহ্নুনা মিৎতা উং চাইবা।

নিংতাই ফত্তবা অতাংনা তামোক য়াম্না চায় :— হায়রুদ্রবা, হৌদোকউত্রবদি কনানম্নু মীগী পুক্নিং থংদে। হায়বা কনবদগী থুদোং চাবা কংই। হায়বা, তাংবা লাওবা অসিনা অকবা কান্নবা মতম লাকই।

মুপীনা মপুয়োইবগীদমক থনবদি, লিলবু মথুংনা পায়হ্নুনা লংথোকপা ওমই, কৈবু শাজৈনা ফুহ্নুনা তানথোকপা ওমই :—

মুশীগী মরায়বক মপুরোইবনি, তাংজবীনি হায়দুনা তাংজদুনতা লৈবশু নত্তে। মুপা করগা লোইরে। মপুরোইববু লুনা নিংজবীনি।

নিংথৌ ট্রেনিং চৎলি, নিংথৌগী পুকৈ পান্নরি :— পংচৎতা চৎপা, কোইবা, হঞ্জল্লকপা অহাওবা চানিংবা মাগীদমক অহল-লমন্না রাত্তনবা হোৎনবা।

ফুংনাক রারী মত্তেক :— হন্নবা অমনা মচা নিপাগী মন্নুং মতম চারদুনা মৌ হায়বা চৎলি, নিঙোল মমানা হংলকই, ইবুংঙোদুদি করি থবক তৌবীরিবগে, মুপা মপানা থুমই, নিংথৌ ট্রেনিং চৎলি, Certificate য়ান্না পায়রে। নিশাগী জাৎ শুরে। য়ান্না ফরে লৈকাইদা অমুক্তা থম্নজখিগে, লেংবীরো। মৌ থিবফাওবা ফংদবা নিংথৌ ট্রেনিং থাদোকলো অফবা ওইনবা হোৎনরো। ( নিংথৌ ট্রেনিং চৎলি, নিংথৌগী পুকৈ পানরি )।

নিঙোল থাজবা ফোংনা থাজো, মৌ-থিবা লোন্না থিয়ু :— মীগী মরমচৎ থংগে হায়রবদি য়ুমলোন-কৈরোম্নবা, লৈক্যাই মরূপ মপাংশিংদা লোন্না হংঙু। অনকপা মীনা অক-ফত্ত থঙগল্লি। ( নিঙোল থাজবা ফোংনা থাজো, মৌ থিবা লোন্না থিয়ু )

নশাদা মহায়, মঙমদি শানদে :— থবক্তি পাঙশিন্দবা থম-কাদা তৌবা। ঙাংবদা ফবা মথুৎ য়াওদবা।

নন্নুং লেল্লগা কাওররিনি :—মহাক্কী থবক লোইরগা অতোপ্প-দুগী নিংশিংউদ্রবা।

নোকপগা কপ্পগা, মচিন মনাওনি :- অমুক রাবা, অমুক মুংঙাইবা, মীওইবগী হৌনশানি।

নোংমেক ( [illegible] ), [illegible] [illegible], [illegible], [illegible] য়াওপনবী :— মচিন ভোংবা, ভোংবীশিং, থৌদোক, খুদিং-[illegible], খ্বায়না মথোয়গী য়া চংলি।

হুমিং, থা হুইনা চাখিরোই :— মতম লৈরি ঙাইয়ু।

মুপীগী পুকচেল, আলুগী মথেন, মুপীগী য়ুয়াক :— পুকচেল চেত্তবা, লেপ্তবা। অর্সিনা মরোইরে' হায়বা অকরুবা লৈত্তবা।

নিঙেল থুম শুংবনা থুম-থাক্তে :— খুৎহৈবনা থবক শুফুনা মশানা পুথোকচবা পোৎ মশাগী শরুক লৈহৌদবা। ( নিঙেল থুম শুংবনা থুম-থাক্তে )।

## প

পাপনা পাপ চায় :— মানা মানা তৌরুবা কর্ম্মগী ফল ফংবনি। ফত্তবা থবক্কী মহয়দি ফত্তবনা ওই।

পেনা শকপগী হুমিদাংরাইরম, লৌউবগী নোংমৈ :— মীপুম খুদিংগী মথৌগী মতম মায়দে। শোয়খ্রবা থবক তৌথিনি হায়না আশা মুংঙাইবা। ( পেনা শকপগী হুমিদাংরাইরম, লৌউবগী নোংমৈ)।

পাৎলিঙৈদা হয়িংদম্ব নোনজো :— অয়াবা তারিঙৈদা মীঙোন্দা হায়জরুবা কায়দে। কান্নগদবা লৈরবদি হন্থবশিংদম্ব হায়জবা কায়দে। ( পাৎলিঙেদা হয়িংদম্ব নোনজো )।

পোৎশেমদি লায়, খুমূক হৈহৌদ্রবদি লুই :— হায়দোকপদি লায়, থবক ওইনবা তৌবা অমম্বুং লোইশিনবা লুই।

পাংকত্তা তিন্নবা লুই :— ময়ৌশিংসু লৈতবা, মপুকসু ফত্তবা ঙাংনবা লুই। অপাংবগা মরূপ ওইববুদি অশিংবগা য়েন্নবনা ফৈ।

পাপত্তা তানবা লল, পাপত্তা চংলি :— হুমাং-মন য়াওদবা লল, তুংবা য়াদে। চংথিবা য়ানবা লৈথেং হাপ্পকই।

পেনা শেম্লিভেদা শামু-রৌ যৌই :— তপথরিভেদা থবক লোইথিবনা হান্নে। শাজেল হোৎনরিভেদা ঙম্বাংদবা। অথু-অকাই নংদবা।

পনঙাকপা ফবহুনা মহাক্না মী কৌদবনি :— মীচং লৈবা মীনি।

পাওতাক্তগী খুদমনা ফৈ :— ঙাংগদৌবগী মহুত্তা থবক ওইনা ভৌবনা ফৈ।

পেম্না এহেল্লৌ ফবী, তুংগী পোলোই য়েংনশি :— মাংজিন্দা ফবা, তুংগী য়েংদবা। খুয়া তুশিংনা তুং ফাওবা ফনবা হোৎনবা ফৈ।

পুন্সি চেঙজেল লোইবা :— শিবগী মতম য়ৌরবা। মাগী মতম লোইরবা।

পোক্তবীগী শরৈদা ফুঙ্গা কায়নরে :— পোক্তবী মমাগী (শরৌ-ফত্তবী) ঈথিন্দা মচাশিং অহু মত তিন্নবা য়াদবা।

পাংয়াইদা শাংপা থরো-থম্বাল অহুগী মগুণগা সহরগী পুখ্রিদা শাংপা অহুগা মগুণ অমহানি :— অচুম্বা অমসুং ফজবদি মফম খুদিংদা চয়ে।

পোন্দেনবীনা মণম শান্দনা লৈরি :— তোগদবা থবক লৈর-মক্তদা নিঙাই-মলাইদবা। (পোন্দেনবীনা মণম শান্দনা লৈরি)।

পোরম উদবা, খোঙ-খুৎ শিংদবা মীদি, মীনা লাকচৈ :— থবক খুদিংমক রাথলনা মাংজিন থাগনি। মচু পাঙথোক্নবা হোৎ-নত্রবদি মীথুন্তা চোপকনি। অপংবদি মকম খুদিং চোপ্পা নংই।

পেন্দবদা লাইচুবা মীনি :— অওকপা লৈতবা মীনি। মাপী-দমক্তা ফনবা হোৎনরুবদা কৈ হায়রোই।

পুকংবীনা শানোয়বা শকপা :— ওইদবনা অওইবা শাবা।

পঞ্জাওদা কুপ্তহুনা, ঘীথিদা কুপই :— মরম চাদনা লিকপা, ইজ্জৎ লৈতবা। মরু ওইবা পোত্তা লিক্তহুনা করিশু লৈতবদা লিকপা।

পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোই শাবা :— তৌরক-তৌরকপগী মতুং ইন্না-হোৎনবা। হনবা লৈতবা।

পাংঙল দাও য়াবনা তুপী হনবদি উরেনবী উপ্পী, দাও য়াদবনা হনবদি থীগং ( অমাংবা অকংবা ) উপ্পী :— অমনা তৌরু-তৌরুবা থবক মপা চাবা। অতোপ্পা অমনা হোৎনরুবদা মপা থোক্তবা।

পোৎসি উচি চাকহোন্দা লোইখ্রগনি :—পোৎতু খুৎফম নাইদনা, লেংদনা ফোইহুনা লোথোকপা। নোংমগী খজিক-খজিক চাথোকপা অমম্ভুং মহাম তাথবা। ( পোৎসি উচি চাকহোন্দা লোইখ্রগনি )।

পাওরোন থাবা :— চমন পুথোক্তুনা ভাংবা। লিখ্রবা রাফম হোদোক্তুনা ভাংবা।

পন-লান্দবী লমলেমদা লৈয় :— লংকৈদা, লমহাংদা য়া-রেকপা তারবদি খোঙফম অহুম হজিন্নগা লমলেমনি খল্লগা অফবা মফমদা য়ারেকপা কৈ।

পান-পায়গা থংই, মীওইবদি তম্ন্রগা শিংই, লেপ্তবনা লাকচে, অথওবনা ওজানি :— মীওইবগী মহে পোকপদগী য়াওরকপা নত্তে। শিজ্জি ফাওবা তম্বগী লোয়বা নাইদে। হৈজিনবদা কায়দবা লৈতে।

পামেন করি উনা শারা তরেওনো শিঞ্জংদেদা শিন-কাওরে :— মহৈ হৈত্তবনা খুৎলায়দা তাইনবা।

পাপ তৌত্নুনা ধর্ম্ম খানবা :— ওইদবা ভাংলগা মীবু থাজহন্নবা হোৎনবা।

পাৎ-চাবদা মাংথিবা শেল, খোই চোন্নদা তানশিনবা :—শেন-জাওদা মাংখ্রগা, অপিকপদা হঞ্জিন্নবা হোৎনবা।

পীথোকখ্রগা হেনগৎপদি মহৈদনি :— তম্ন্ বহু শিজিন্নখ্রবদি পৃংশিল্লকই। তোয়না শিজিন্নবা থবক কাওগন্দে।

পোজ অসি কৈ, মীচা মথুত্তা তুবা য়াওগনি হৈহৌ-খ্রবদি :— মশক-মতৌ ফজবা নহা, মশক্কা চানবা ফিজেৎ লৈতেংবা পাথং লৈশাবীগী মীহৌনফমনি।

পীকখ্রবা মিরাং অত্নদা চাওখ্রবা কুরাক থুখ্রবদা নাঙ্খোকপা ওমদে :— য়ুম পান্দুনা ইচা-ইগু লৈখ্রবদি য়ুম্বান মরা চেংকল্লি। ইচা-ইগু সুংশিবগী বাখলদা পুল্লকই।

## ফ

ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি :— মচেৎ অমত্তংবু ফংলবদি পাক-থোকপদি লায়। খিতং ফংবদগী খুদোং চাবা লৌশিল্লকপা। ( ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি )।

ফুদিংতা মাংজোং চোংবা, লৌশিংতা খাজনা থিবা :— কাম্ন-য়োয়দৌবদা মতম মাংবা। কাম্নফম খণ্ডদবা।

ফৌ লৈরবদি কোৎমাংদা শয়েং কায় :— ফৌ-চেং, মরু ওইবা মীওইবগী চিঞ্জাক্নি। ফৌ লৈরবদি, ঙা, য়েনশাং, সনা লুপা লোইনা চংলকই। (ফৌ লৈরবদি কোৎমাংদা শয়েং কায়)।

ফত্তবা মীবু অফবা থবক্না জয় তৌ :— য়েক্নববু মুংশিবনা জয় তৌবগুম ফত্রবা মী অত্তুমু অফবা থবকলোমদা চিংশিন্দুনা অফবা ওইহনবা ঙমই।.

ফৈজোম তোমাল শেৎতুনা আমিম্না কাবা চৎলি, মীঙোন্দা নজোর কারি :— থবক গুনিংদবা নোংঙানবগা লমজাও-শোরোক্তা ফৈজোম কুনজা কাওহনা শেৎলগা চৎপা। মীঙোন্দা হায়জা-চৎচা হৈবা মী।

ফৌ শুবগুম হায়রগা চেং চোইদগুম নাম্থোকই :— থবক শিন্নরগা, থবক গুকতৌ তৌরক্তবা। চেকশিন্না হায়খিবা থবক্তু থৌশাদনা লৈবা।

ফজবদা চিত্রবোৎমুক ফজৈ :— মপা লৈতনা ফজৈ হায়বনি।

ফি-শিঙনবা ফি-ফংই, মী শিঙনবা মী-মাংনৈ :— থবক গুরগা শেল ফংই। মীগা য়েক্নরুবা অমাংবা ফংই।

ফৈজোম ফিবুম অমা তুম্না কোয়রগা লৌবা মুপীদি থায়নবা লুই, অয়ুক চাক-চামাংদা থিবা মুপীদি চম্নদে :— মগুণ ইগুণ খংনরগা তৌথ্রবা থবক শোইগন্দে। পুকচেল-খোয়জেল খণ্ডদনা তিম্নবা লুই।

ফমলে মুংগুম্বা, চৎলে মুংশিং-কুম্বা :— য়াথল পাকথোক্তবা অমম্মুং নিঙাই-মলাইদবা মী। অপু-নবা অমদা লৈবা।

ফত্তবা পাও থুনা শন্দোকই, মীগী মনম থাপনা চৎলি, লৈগী লৈনম লৈকাই লান্দে :— মীওইবগী অফ-ফত্ত পাউ থুনা, য়াংনা শন্দোকই।

ফৌ পাম্বীদা ইঙেল লাইচুবন্থ মঙায়রে :— নাওশোম্নবা, শোন্দম-নাতম তৌবা। মপুং-মরৈ ফানা ফজদবা।

. ফৌ-মাই চাবী কারবারগা চপ মান্নখ্রে :— থুদক থুদক্কী খরদং লৌহৌনবা হোৎনবা।

ফত্তবনা ফত্তবদা চৎকদবনি :— ফত্তবা থবক্কী ফলদি অমাং-বনা লোয়বনি।

ফাগ্রবা ইশৈ ঙংনিংলকপা মহৌশানি :— হৈনখ্রবা লীচৎ পাক থাদোকপা য়াদে। মাগী-মাগী হৈনবী লৈজে।

ফংজদা চাক-চা হায়বা অচুনি :— কয়াম্বা ইকাইবা লৈতবা, কৈথেল যণগুম্বা। করকায় লৈবা পোৎতু থুনা লৌশিন্নবা হোৎনবা।

ব

বিধিবুদি কর্ম্মনা কল্লি :— মীগী মন্নাইবক্তি মশানা শেমজবনি। মানা-মানা তৌবা থবক্কী অফ ফওগী মহয় ফংনৈ। শোয়বা তম্বা ঙমদে। ( বিধিবুদি কর্ম্মনা কল্লি )।

বিন্নী হেক চংইদা ইমুংসে :—ওৎথায় খিনগায়বা ( ওল্লখি ) ওইবা। ( বিন্নী হেক চংইদা ইমুংসে )।

বোমনা হৌরগা পোকলাওবীনা লোয়না :— য়াজাও ভাংহনা তৌরুবা। মমৈদা থুং লাওনা তোকপা। অহানবদা মপাল শাদোকপা মমৈদা উচি মখুলদা চংবা।

বদনাম-সিবু মহাও য়াওবরা ? :— *মিংচৎ থীবা কিদবা মীগী* য়াথলনি।

ব্রাহ্মন ৩ ( অহুম ) ক্ষেত্রি ৫ ( মঙা ) লংকৈ চংপা চেকশিল্লু :— খুদোংথীবা থোকল্লি হায়নৈ। অহল-লমনগী পাওতাক্লি।

ভাবনা দলান শাবা, লৈচিন্দা তেন কাপ্পা :— য়াথলগী মংলান্দা তাওহনা মুংভাইথোকপা। কায়দবা থবক তৌবা। মোন্দ্রং শান্নবা।

ভন্দ্রা ফুহনা লৈরে :— কা হেন্না চাশিন্দুনা লৈরে।

ভাগ্য-বিধাতা হায়বহনি :— লায়বক্না মরূনি হায়না খঞবা। অফ-ফত্ত ঈশ্বরনা তম্বনি হায়না খঞবা।

ভক্তিগী মমাংদা মুক্তিনা খাঙবা ভমদে :— ফনমক শাওহনা লৈরম্বহু ব্যবহার, ভক্তিগা লোইননা হায়জরুবদা তেথরকই। ফত্তবা অমসুং অফবা ওইরবসু মীওইবগী মপোক্তি মুংশিবা হায়বসি লোইনরকই অমসুং চেন্নরকই।

## ম

মখুং চুম্বা অমনা কাপ্পগা ময়াম চায় :— লুচিংবনা সমাজগী অফ-ফত্ত খল্লি, ময়ামগী মপুংদগী অফবা অমা য়াওরকপদা মহুনা

মী খুদিংমক্কী কান্নবা ওইরে। লুচিংবনা ফরবদি ময়ামগী অফবা ওইরে। ( মথুৎ চুম্বা অমনা কাপ্পগা ময়াম চায় )।

মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদে :— অরোনবা থবক লোৎপা য়াদে, হেক্তা খংনরকই। অফবা থবক লোৎশিনবা য়াদে।

মীওইবদি অমুক ম্রাবা অমুক মুংঙাইবা হৌনশানি :— অম্রা মুংঙাই পুম্নমক পুন্সিদা থেংনৈ।

মহৈ-হৈবা ষণ চৈবুন চায় :— থবক হেঞ্জিন্না তৌবা মীম্রা তায়।

মহাক করোং-চাক মুংবমখৈ ম্রারম্মী :— মহাক য়াম্না শাথিনা ম্রারম্মী।

মী অপংবা লাল ওইনৈ, উ অকংবা শীং ওইনৈ :— অপংবা হায়বসি কান্নদে। মিৎ-লম, না-রম শিংদবদি ম্রাগল্লি।

মখোয়গী শাগৈদি খুৎ কল্লি :—মী য়াম্মী, মরি মতা চাওই।

মোইরাং হরাওরিঙৈদা কুম কাওই :— থাংজিং, উমং লাইশিংগী মমুংদা মরু ওইবা লাইনি, মোইরাং থাংজিং হরাওবা অচৌবা কুমহৈনি, হরাও মুংঙাইথোক্নুনা লৈরিঙৈদা চহি অমা চানবা লৌ-উহৌদবা ( মোইরাং হরাওরিঙৈদা কুম কাওই )।

মঙৌ ফকলাং শাবীগা, মঙৌ ফকলাং শাবগা চেনখ্রে :— জুৎ-চাবীগা, জুৎ-চাবগা লৌন-লৈনবা। মান্ন-মান্নবা পাম্নে।

মকোক্তা তৌ হৌরে :—মতম য়াম্না কুইনা, শাংনা পুন্সিরক্লে।

মীগী খদাং মখা থাগনি, মথী লৌত্থনা চাগনি :— মথক্তা মীনা রা ঙাংগনি। মীরা তাগনি। তনবদগী অব্রাবা লাকনি। মীথোই মীহেনবা ঙম্লোই।

মাগী রাসি চোইরোম্নি খনবীয়ু :— মরা লৌবা য়াদবা, চৎনবা য়ারোইদৌবা রাফম্নি।

মীওইবগী মীশীংসি নোংমা-নোংমগী ঈনোৎ কাররূপগুম্না পৃথিবীদা হেনগৎলি :— নোংমা নোংমগী মীশীং হেনগৎলকপা।

মীনা নঙোন্দা উপায় তৌরকপা নুংদা হকউ, নংনা মীঙোন্দা উপায় তৌরুবা ঈশিংনা চন্দোল থিল্লু:— মীগী তৌবীমল কাওগন্নু, নংনা মীবু উপায় তৌথিবা পাওরোল থারুন্নু, কাওথোউ। ধর্ম্মনা লেংদবা উপালনি।

মহাকপু মীনা খন্দোল তৌনৈ :— মহাকপু খ্বাইনা থবক্তুগী পান্নদে।

ময়েক্লা ইপানি, লোলনা ইমানি :— ইপাদগী ইমাদা লাকই অত্থগা তাইবং ফাওরকই। ইমা-লোলনা য়াম্না মরু ওই। লোল খঙনদ্রবদি প্রেম রাৎলি। লোলদিন্নবা মুংশিনৈ।

মীরান-খাং ঙমদত্থনা লমজা পুই :— মীমুংশি চাওবা। মীগীদমক্তা রাবীবা, হোয়া ফবা। মমৈদা রাজবা।

মাইদা হাক্কজরগা কম্লাক্তা হোৎপা :— ইকাইবা খাংবা। থবক ওন্ন-তৈনা তৌবা।

ময়াম চংত্থনা থবকতৌবা ফবা হৌনদে :— মত মান্নদনা থবক তৌমিন্নবা। মপু য়াওদবা থবক রায়োং থোক্কে।

মীনম্ববু অচুম্বনা জয় তৌই :— মীনম্বা কুইবা য়াদে। অচুম্বতনা তুংদা জয় ওই। অচুম্বগী মমাংদা অয়ান্নবা কুইবা য়াদে।

মখা থংবনা, মথক থংবদা কিবরা হুংবগুম্বনি :— মীনা য়াহু চুম্নবমক্তা হাইগৎতুনা কংয়েৎ তৌবা। মরিন লৈতবনা মচিল থীবা। অচুম্বা শানবা হোৎনবা।

মহাপ্রভু নম্বো পোক্নুনা চেন্নগা লমজেন থোইগদবা নত্তে :— হোৎনৌ, হোৎনদনা ফবা লৈরোই। লেপ্তবনা লাকচে। মমা পুকনুংগী পীথোরক্লবশিংদি মশাগী হৈনবী লৈজে। নাম শোনবদনা য়াদে।

মমাশিংনা মচাশিংগীদমক্তা য়ায়, নুংঙাই :— মচাশিংগীদমক্তা মমা ওইবীশিংনা মতম পুম্নমক্তা অয়া-নুংঙাই শরুক য়াই। মচাদগী হেনবা লৈত্তে।

মতেক্তা চোপ্পা, মোরোক মেৎপদা জাৎ তাবা :— লিকফম থোক্তবদা লিকপা অমস্তুং লিকফম থোকপদা লিকশিন্দবা। খুলিক চাদবা। ইজৎ লৈতবা মী।

মংগ্রেম-হান্থ্রেম্নবা :— কত্তবা মং মংবা।

মীওইবদি লাকনি, মীওইবদি চৎখিনি, মতমগী ইচেন্দি লেংদনা চেম্বহুনা লৈহোগনি :— মীওইবদি পোকলকনি, শিখিনি, মহৌশাগী ইচেন্দি লেংদনা অহুম লৈগনি। অহোংবা নাইবা জগৎনি।

মগুণ লৈতবা মীনা মচিন থী :— হৈতবা অমস্তুং খঙদবা মীনা অহৈবা মান্নবা ওইদবা ঙাংবা। রায়াম ঙাংহুনা মীবু থাজহন্নবা হোৎনৈ।

মিং তশুন পাইবা :— মিত্তা অরং-অরংবা উবা। হুকচাং ফত্তবা অরাবা ওইবা। রাহু তানিংদে মিং তশুন পাই।

মাই ফিরুক খুম্বা :— মীগী মমাংদা ইকাইবা থবক। করিশুবা থবক অমা শোয়বদগী মী-মাংদা ইকাইবা নংবা।

মীনা শেন্নগা লাই ওই, লাইনা শেন্নগা মী ওই :— লাইগা খ্বাইদগী নক্লবদি মীনি। মীনা নিংথিনা তৌখিবা থবক লাইনা শেম্বা মানবা য়াওই। অচৎ-চত্ত পুন্নমক অসিবু শেম্বা মপু লৈফম থোকই। মীওইবদা জ্ঞান লৌশিং পুন্নমক মপুনা হাপ্পিবনি হায়নৈ।

মংদা মঙ্গ্রা তানবগুম্বনি :— ওইরোইদবা রাফমদা নিংলুবা।

মীগী তৌবিমল কাউরোইদবনি :— মীনা মীগী উপাই তৌনৈ। মতুদা কাওফম থোক্কে। ( মীগী তৌবিমল কাওরোইদবনি )।

মেলৈ লৈশনা মু'জুমপান কদামবদি লৈন্নুংশি :— হৌখ্রবা থৌদোক্কী মরি লৈননা তেংথাজবা অমা।

মী ফত্তবগী হিদাক লৈতে অনাবগী হিদাক লৈ, লাইম্মু হায়-জরগা য়াই :— মী-ফত্ত সঙ্গ ওইরুমু, খুদোংচাদবা লাক্কনি।

মীশিংদি য়ামদে, হিবোংতি ফারে :— মশা রাই শংদবীনা য়াম্বা।

মী মাংদা খুজোয়নবা :— ইকাইবা পীবা।

মীচা শি-সনু খল্লগা ইচা হান্না শি :— মাগী ফনবতা হোৎনবা মীগী ফত্তনবা তৌবা। মশাগী মাংজবনা হেল্লকনি। মশানা থাকপা লাংদা ওনশিন্দুনা থুবা। ( মীচা শি-সনু খল্লগা ইচা হান্না শি )।

মপাম চাকস্থ চাহৌদা মন্না চাকস্থ চাহৌদা :—অমম্থ-অমম্থ কান্নহৌদবা। কাগামাং খুজাই কায় হায়বম্থনি। অরেম্বদা তাহৌবা।

মৈরিকপিদগী মৈজাওবী থোকপা :—খিত্তুদগী রাজাও থোকপা।

মৈতান্না রাখৈরবদা মহাক্কী অফ-ফত্ত থংগনি :— শিথ্রবা মতুংদা মরমচৎ খংবা।

মীবু খক চোত্রা থোক্লা হায়গম্থ :— মীওোন্দা খক থিনা হায়গম্থ, অথিবা রাহৈ খক কাওবা লৈতে।

ময়াদা মৈ হৌবা মীনা ওমত্রবনি :— মহাক্লা তৌবা ওম্বা থবক নত্তে হায়বনি।

মপা-মপুগী মগুণ ওাক্লা চংলি :- অহল-লমন্না তৌরম্বা অহু বিধি কায়দনা চাৎপা।

মখোঙ মরি পানবা নোংশাদস্থ হোরংলি হায়বা লৈ :— শোয়দবা ওমদে মুনিদস্থ অকাওবা লৈ। মীওইবদা অরাৎপা লৈতবা নত্তে। নিংথৌদস্থ মৈতাল রাংলি হায়বা লৈ।

মী-তু-শি হৌগৎপবুদি, ষণ-তু-শি হৌগৎপনা ফৈ :- মী ফত্তবা তিন্নবা রায়, যণদি কান্নবা ফংই। (মী-তু-শি হৌগৎপবুদি ষণ তু-শি হৌগৎপনা ফৈ)।

মনিং-মমাং ককথৎলবা তিস্থ্রোক্লুম্বনি :— য়ান্না রানা লৈবা।

মপাল থোংগী ফিজেৎনা মীশক খংদে:— মীৎয়েংদা মীগী মগুণ লেপ্পা ওমদে। মীওইবগী গুণদি তিন্নরগা খঙগনি।

মপানা মপুনা মাংশোক কমেন কমত্থনা রারক্তবা মচা:— শাওবদা খম থেংলহুনা চৈবা। ব্যবহার লৈতবা অমা।

মঙক্লা থাও তৈরিবা, শকনা কাকলিবা :— অথোই নাপল কাবা, শক্তা মুংশিদবা।

মপা-মমাদগী খুত্থপ ৭ ( তরেৎ ) হেনবা মীনি :— থয়া কত্তনা লৈরিঙৈদা হেন্না তৌবা ওন্বা মীনি।

মকোক্তা মশম হৌরবদি লাইরুম্ :— মীওইবগী মপুক থংদে। মী-মীগী তোঙান-তোঙানবা মগুণ লৈ। শাউন্না খুম্বা পুক্কি।

মীত্থুদি মোরোক মেৎপদা মোরোক শাই হায়রিবনি :— মীত্থুনবু য়ানিংঙ্রবদি মরাল হায়জিল্লি। পামঙ্রবদি অফবা লৈতে।

মনানা হৈমাং শাবা, লৈতান্না যন শাবা মো খোংঙ্রা ? :— তৌশিন্নবদি কুইবা য়াদে হেক্তা খঙলকই। অচুম্বগী মাংদা অরানবা কুইবা য়াদে।

মমৌনা মকুবোক্কী চাক মহি তোং কম্ :— থবক খুদিংমক্তা হেনমনবা ফত্তে।

মীওইবদি কাংলুপকী মমুংদা লৈ, অপুনবনা পাংগল্লি :— মী-ওইবনা চাওথৎপা মকমদা লৈ.া পামই। মীয়াম্না অয়াবা চৎনবী ওই। মী-য়াম্না লৈবা মকমদা সহর শেমই। জাতী লৈনৈ।

মচা মুপা পোক্তবা মীদি খোঙ্গুল মুৎলে হায়নৈ :— মচা মুপা য়াওদত্থনা চাদা-নোদাদবা। শাগৈ মুৎপা।

মীগী হৌরকফম ভাংথোকরকপা রাহৈ-রাতাদা থয়া মথৈ খঙই :—লৈপাক্কী লৈহাও লৈ-লৈতে পাম্বীনা খঙই।

মীওইবা শোয়দবা ভমদে, মুনিদশু শোয় :— মপুং ফাবা মীওইবা লৈতে। য়াম্নবশু-য়ামঙ্রবশু মী খুদিংমী অশোনবা লৈ।

মীথূংতা লৈবা শেল, মপামদা লৈরিবী সুপী ঐপীনি থাবা য়াদে :— ইশানা ফংত্রিবফাওবা থাজবা লৈতবা।

মীরৎ-নায়ট শিংহৌদহুনা থনানা ফাবনা হাল্লে :— অথুবা থবক মোল্লিভৈদা নংহৌদহুনা অরাবা ওইবা।

মীগী থংলেন রাইরুবদি নোংয়াই চবুক লেনদে :— মপু-লৈবা পোৎ নোংলেন্দনা থিনরকই। মীদি-মীনি, অয়ানবা থবক তৌবদি মপুক্লিংদা ইহংদা হল্লোই।

মশা চাদনা, মতু চুংই :— মনিদা খৌ-শাবা।

মানা, মানা তৌবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না ফংবনি :— অফবনা অফবা ফল, ফত্তবনা ফত্তবা ফল ফংবনি।

মৈনা পোক্তবা মী, মৈশা খণ্ডবা হৌনদে :— থবক্কী মগুণ খণ্ডদবা মীনা, থবক্তু খণ্ডবা হৌনদে।

মীনা শিবনা চিন্দা, শানা শিবনা খোঙ্গুন্দা :— মচিন থিবনা মাঙজবা, রাঙাং খুদিং চেকশিনগনি। মীয়া ঙাংনবা চোপ্পা নংই।

মীগী মতিক ময়াই থংগে হায়রবদি, মহাক্কা তিন্নরিবা শঙ্গ য়েংলগা খণ্ডবা ঙমই :— অফবা শঙ্গ তৌ, ফত্তবা শঙ্গ তৌরম্মু, শঙ্গনা মী ফহল্লি, শঙ্গনা মী মাংহল্লি।

মৈত্তালবু চান্নগা কোকপন্না :— ফত্রবহুদি ফত্তনা লৈ।

মপুকসে হুইত্রি-মুক হেক কংলে :— মীওই-মীতৌ কাইবা, লায়না লৈবগুম্বা, মবুক শাথীনা কংবা।

ময়োল-ময়াল তাকখ্রে :— মহাক্কী লৈজরম্বা ময়ল পুন্নমক অময়ুং সম্পাতিশিং লোইনা মাংখ্রবা।

ময়া অনাবা হুন্দোক্লগা শামু ইরুজবা য়েংহনা লৈ :— অততাই, দাইতো ওইবা থবক অথুবা হুন্দোক্নুনা থম্লগা অরাইবা থবক্তা হোৎনহনা লৈবা।

মীনা অনম-কনবদগী মাইবী চংই :— হোৎপু হোৎনরবদি ফল থরদস্ত্র ফংই।

মথী-মকুম পুবা :— অরা-অনা, অকুপ-অত্তা পুবা।

মমিৎতা মখুৎ পানবনি :— উরুবদা খংবা, মখুৎনা শাবা খোৎপা য়াম্না হৈবা।

মনিং ককথৎলবা থরোইদস্ত্র ময়াম পুল্লবদি হয়াওই :— পুকচেল খোইজেন তিন্নবা। শিনফম তিন্নবা, মান্ন-মান্নবা তিন্নরগা হয়াওনৈ, মুংঙাইনজে।

মৈতান পাবোৎ পুরগা লল্লোনবা মুপানা, লেং ওনবদা অমুক হঞ্জনবা :— মতোয়না পংমল্লবস্ত্র উপায় লৈতে।

মমাইদা হাও-রেক হেক কারদনা, হৈবী তৈরে :— ইরুদি লুজদনা কেবা। তরু-তনাল তৌদবা।

মপুনা চারগা নমাইনা য়েংবা, সনা ইঙ্খাং তেক তেকপান :— অহাওবদি খংবা, লৈরগা চাবা ঙমদবা ইঙ্খাং। ফজবা অহাওবা ইঙ্খাং।

মরিংনা শাবা শংবাই নাম্মা হাংবা হৌনদে :— মুপা, মুপী লাইনা থাবনি। নাম্মা রাৎপদা মুংঙাইতবা। জুরা-জুরা লৈগল্লি।

মীনি মী-মাম্নদে, ষণনি ষণ মাম্নদে :— মীওইবা খুদ্রিংমক মশক মাম্নদে, রাখল খেন্নৈ, জ্ঞান খেন্নৈ। পুকচেল খেন্নৈ। (ঈশ্বর) মপুগী খুৎশেম ঙাক্কনি।

মহৈ নিংথিনা হৈত্রবা মীদি মচিন থি :— থিত্তং খঙবহুনা চুম্নবোই নিংবা, য়াম্না পাকথোক্লা খঙদবা।

মী য়াম্নগা রা য়ামই :— মানা মানা নিংবহু পংঙাংদা ঙাংনবা চংনবা য়াবদি য়াওদবা।

মচেল্লা য়াম্নগা ময়া ফংবা :— খিংতা হায়বদা খঙবা।

মতিক নত্তনা মঙল হাপ্পা :— ওইথোক্লরোইদৌবা থবক্নি।

মহাক চাগৌ য়েংলি :— মমিৎনদি উবা মিতাবা মশানদি পামজবা। শরুক থুংদবা।

মথোঙনা চংনা মং থীবা :—ইখঙ খঙদনা চৎলুবদগী খুদোংথীবা থোক্তুনা দশা তাবা।

মনঙল লৈপাক তান্ত্রিবা মীনি :— লাম্বা তৌনবদা অমুক্তা তুন্ত্রিবা মী। মুক্লা শাম্নবদা মীনা থাবা ঙমন্ত্রিবা।

মী অসিদি অরা-থবী হৈনম্নবহু মঙাইরে :— মীয়াম তিনবা, জাগা পিকপা মফমনি।

মশক ফজৈ হয়াওনিংঙায় লৈতে, লাইথোক অমুক্তা লোইবনি :— নাপল তৌবা কাম্নদে, থৌদোক অমুক্তং থোকপদা লোইরে।

মীয়াম চাবা লোপাংদবা ইমুং :— চায়াম পোকপা মীদি লাইর তাম্লি।

মথয়াইসে লল্লিদা লৈ :— য়াম্না ফিগনবা, মাপী মী খরা য়াংপা।

মরু মচা মগুণ লৈ :— মপাগী মচানি। শোয়গন্দবা। অফবা শাগৈগী মপা-মমানা পোকপা মচা ফগল্লি।

য

যতন তৌরগা, রতন ফংই :— চেকশিন্না য়েংশিল্লগা অফবা ওই। শোয়হনদবা।

র

রাশি রুপ গুণ চংখোনবা :— মশক মতৌ চুং-ফিরাল চানা ফজবা।

ল

লৌরমদাই তেংনা মানবী খায়ন-রমদাই য়োংমানবী :— লৌন-লৈনরমদায়দা নোক্ল-নোক্লা লৈনখিবা খায়নরমদায়দা কপ্পা খায়নবা।

লেম-লৈ ওামা য়া ওাংগে তৌবদা ঈশিংনা পল্লি :— হায়নিংবা কয়া লৈরবস্থ অকিবা, হৈজদবা অমসুং চিংনবা কয়া লৈতুনা ওাং-খোকপা ওমজতুনা লৈবা।

লৈকাই অমা, লোমচং অমা, লৈরক অমা শে-শক অমা :— লম-লমগী চংনবী লৈবা, মাগী মাগী জাতিগী চংনবী লৈবা।

লল লৈরবদি ধর্ম্মসু লৈ :— লল লৈরবদি ইখোক খোকই। ধর্ম্ম লৈবদি চুংওাই লেল্লি হায়নৈ। মীনা মখা তাবা জিবরু য়েংথিরোই।

লৈরক-খুলক্তা মাইচৌ শারৈ :— ওঝা পণ্ডিত শাবা। ময়ম থিদনা অথংঙঅহে শারবা।

লৈতোনদা শরু পানদে, হায়রিমথৈ পকলে :—ঙাংবা ফবা হেঙ্গিন্না ঙাংবা।

লৈরক শাথৌবা, থোংবাল লায়ুম্বা লৈরমগনি :— অরোনবদা লৈবা। মীওইবনা কি-তুকচা ওইবা।

লনসোৎপিনা পাওখুম রাত্তে :— ওৎলৈ তারৈ ঙাংবা।

লাইরেন মতুং ঙা-ইনবত্থু মঙাইরে, মথী সনা কায়দে :— লুচিংবগী মতুং ইন্নবা, কান্নবদি পিদবা। ·অফবগী মতুং ইল্লিবা।

লাইনা তম্বনা অমা, মীনা তৌবনা অমা :— অনিংবা খুদিংমক থুংবা ঙমদে। অনিংবা মপা থুংদবা। শোয়রগা লাইদা তাইশিনবা।

লাইরেন্না মগুণ ঙাকপদা লফুৎ কাহুনা শি :— ইজৎ, সন-মান, ঙাক্লবদা রাবা।

লৈতবনা ইকায়-ইকি থাদোকপ্পা :— থবক্তু হোৎন্দবা য়াদবা দরকার লৈবা।

লাইনা য়াৎপা থায়াৎনি শোয়ফদে :— চানবা হিংবনি, হিংনবা চাবনি। ইনানা য়াৎপদস্থু শঙ্গোম মপাল চায়।

লমজা-সারা, পিদৎ-পাদৎপা :— কনাস্থু লৈজদবা, মপি-মপা লৈতবা। শেম্বী শাবীবা অমস্থুং ম্লোপি-থাকপিনবা লৈতবা।

লমজাও কোন্দ চাকপা লমৈদি, অহিং তাংলো থেংলগা নোংমদোন লাইজা লিকলা তারগা মুৎপা ঙমই, ঐপী থম্মোই

লাকাগনুংদা চাকপা মৈদি, অহিং তাংলৌ খোলগা নোংমদোন লাইজ তারগা অহোই অহোইনহুম চাকলকই :— প্রেমি-প্রেমিকা অনিগী য়ানি।

লাইরবা অমবু ইনাক খুনবা তরানা শৌগৎপা ওমদে :—

মতোয়না নংমল্লবস্থু উপায় লৈতে। মীনা পিয়কপা হায়বহুদি নোং-কাদোকীনি।

লায়নাবু খরদং ওাকথোকপা হায়বসি শিদ-হিদাক্রি :— লায়না চংদনবা হোংনবা য়ায়া কৈ।

লৌরি শিংজা-কা মতু-মচা কা হায়নরিবনি :— মীওইবগী লৌ, ইথোন, মতু-মচা শিংগীদমক্তি শিবা কিনদে। ওাকনা চংপা কৈ।

লৈমা য়েংলিভেদা খুমু কায় ঃ— (১) মথৌদা পুক্লিং চংদহুনা অশোয়বা নায়বা। মিংকী ফজবনা পুক্লিংগী ফজবনি।

(২) ফুংনাক য়ারী মতেক ঃ— থাইনা মমাংভেদা থাংই তৌবুং খোংদোবা, হায়বা মুপা অমা লৈরমই, মহাক্কী মুপী লৈমা মচা নিপা অমা লৈরবা অহুবু লাইথুং পকপদগী মপামদা তানথোকখরে। মতম খরা লৈরগা মহাক্কী মনাই মুপা শোওাইরাবগা লোইননা শা তানবা চংলি। শা ফংত্রবদা খুমু অমা ফারকলে। খুমুহু লৌনবা মৈ লৈতহুনা মৈখু কাবা য়েংহুনা মনাইনা খুমু লৌবা চংখরে। খুমু লোক্লরীবা য়ুম অহুদি লৈমগী য়ুম ওইরমলে। লৈমহু লায়না কোক্লহুনা মশক-মতৌ য়ায়া ফজরয়ে। মনাইহুদা হংলক্লমী। "নহাক্লা করিগীদমক খুমু অসি কাহললিবনো"? হংলকপদা লৈমা

য়েংলিভৈদা খুন্থু হাৎখি খুমখি। মখৈদা লৈমা অহু মপুরোইবনা পুহনা চৎখি হায়নৈ। (লৈমা য়েংলিভৈদা খুন্থু কায়)

লিনস্থু শিনবা চৈশুস্থু তেক্তনবা হোৎনবা ফৈ:— অমস্থু অমস্থু য়ানবা হোৎনবা ফৈ। মীচং-শংগন য়াওদবা ফৈ।

লিন্দাদি লিন অশিবা পাইবা ওমই:— মরিন লৈতবা, কয়া পাংদবা।

লমহুইবু নিংথৌ ওইয়ু ওইহল্লগা ময়াম খোংবা কান্দা খোং-উচুনা নিংথৌ লৌথোকই:— মাগী মাগী জাতি অমস্থং হৈনবী কাউবা ওমদে।

লিন্না চিক্রিবা মীনা লিনগী মন্থ খঙদে:— থবক তৌত্রিবা মীনা থবক্কী মগুণ খঙদে। অরাবা তাত্রিবা মীনা অরাবা খঙদে।

লম্বোইবদা শমজেৎ পীবা:— শিজিন্নরোইদৌবদা পোৎ পিবা, পোৎ মাংই।

লম্মৈ চাকপদা য়াওরুবা শানা নোংজাবীদা খংই:— খুৎথিবা অমুক্তং কংথ্রবদি ইকিদা-কিহুনা লৈ। অমুক্তং খিথ্রবদি অহুম খৌথরে।

লৈশি-লৈথোন্না ঙাংবা, সজস্থু মতৌরমগনি:— রা ঙাংবা ফবা, লৈবাক-মচা তাবা। রা-ঙাং শঙাং ইংবা।

লোক্তাক ময়াইদা লৈরিবা ঙাশীং খঙদবগুম্বা:— খিত্রিভৈদা মশীং খঙবা লুই। ভোট মনাস্থু মশীং খিরগা হেন্দোক-হেজিন খঙনৈ।

লৈকাই পন্দোল লান্না কোয়গনবা নুপীদি মীরা ভাংনৈ :—
মথৌ শুনিংদবা নুপী, মীরা ভাংনরগা নুংঙাইজবা।

লাইরবা মীদি ফুম্বংনৈঃ—গতি লৈতবা, শুকম-নোমকম খংদবা।
তৌকম খংদবা মী। বুদ্ধি, লৌশিং থোক্তবা। তুকক-তুকাই চনবা।

লাইরবনা ফিগুবা নোং নংই :— অরাবদা অরাবা হাপচিনবা।
দশা তারবদি মনম-মনম তাগল্লি।

লমশোননীগী লময়াইদা মমুনা রারে পোথাবা, রারদনা তৌর-বোই, মুরাগী চেংপোৎ মোনখাংনা, লমথাংগী ফিরুক থুমলদনা য়ানা মুংঙোল্লে, শাবী ইনেম-মচা পামুবী, চীংমুংগী সনা লোক্তুদগী পাইবিরকলো দে। (অপাম লমদম য়েংলুবদি মুংশিবা মাইকৈ তামহৌরে):— শেৎনা-খাইনরমদাইদা তেংথারকপা।

লাইরেন্না মচা কোকপা মতমদা হংকোক য়াওই :— মপা কৈ হায়হুনা মচা কনি হায়নিংঙাই লৈতে। ময়াম পোক্লবদি ফত্তবা অমা য়াওগল্লি।

লোক অমদা কৈ অনি কুনবা :— লোয়বী মুপী অনি লৈমিন্নবা করিগুম্বা মতমদা থৎনরকই। চপ মান্নবা অনি মফম অমত্তদা লৈরবদি মঙং তাদবা য়াওগল্লি।

লোক্তাক ময়াইদা থুমহি থাদবা :— পোৎতি খরতা মীয়ামদা য়েনবা। য়েনগদৌরিবা পোৎশিংছু কোমদবা। পোৎ য়ামদবা।

লাই কিদরে, মী কিনরে, লাইদি হায়জরগা য়াই :— মী ফত্তবা হিদাক লৈতে, অথেংবদা মীনা লাই শারে। "মীনা মীবু কিরে"।

লৈচিন্দা ভেন কাপ্পা ফুদিংতা মাংজোং চোংবা :— কান্নবা মকমদা হোৎনবা অমম্ভুং শেম্বা। তৌরিবা থবক অন্থুগী মহয় ফংদবা।

লাইয়রবদা লাই চংবা, ইনাকখুনবদা শেল চংবা :— লাইরবনা অম্নম অম্নম লাইরথরকপা, ইনাকখুনবনা অম্নম অম্নম ইনাক-খুনগৎলকপা। লাইরবনা থবক তৌবা মপা চুম্নদবা।

লৈখোঙ শংবা লৈরবনি মনাক নকউন্নু :— মপুরোইবা লৈরবা মুপীনি। মীওইবগী লৌরি-শিংজা কা, মতু মচা কা শিবা কিজ্রিবনি।

লমগী শলনা মচি শাংবা :— অনকপা পোৎ মগুণ হুন্থে। মনাক্তা লৈবা অফবহ্ন হুন্দোক্লম্নগা মীগীদা লৈবা অহুনা অফবা ওইরবোই নিংবা।

লিম্না মথুল চঙলমদাইদা চুম্বী :— চুম্না হায়রিঙৈদা য়াদ্রগা, চেনফম লৈরক্রবা মতমদা চোংশিল্লকপা। নহা ওইরিঙৈদা অকে-অমোদা লৈবা। মীওইবনা শিরমদাইদা অশেংবা য়া ঙাঙ্গল্লি। মতম লোইরক্লবদা শিবগী লম্বী থিরকপা।

লাকইবা অনৌবশিংসি অরিবশিংদগী হোৎমনি :— পান্থীশিং-দগী মরু লাকই। কোলোম শেম্লগা চারা অনৌবা থোকই। পুম্নমক হৌরকফম লৈফম থোকই। অহল-লমন লাইগুরুশিংনা মরু ওই।

লোইরং শিংখোঙ ওইরে :— চয়েৎনহুনা লৈবা।

লাম্নবদা হাউতবা লৈতে :— মশা ফবদি চারিবমথৈ হাউবনি। মীদদি চাবা য়াবা পোৎ পুম্নমক ফবনি। পুক য়াওভ্রবদা থবক য়াদে।

লুপ্রাবী শাম্বু লৌবী :— [illegible] হাতনবী [illegible] খুনবী। মরল-মথুম য়াম্না লৈবী হুপী।

ফুংনাক য়ারী মতেক :— থাইনা মবাংঙৈগী মরল-মথুম য়াম্না লৈবা হুপা মতৈ-মনাও অনিথক লৈরম্মী। মচা-মও লৈজদে। মতম খরা লৈরগা মপুরোইবা অহু শিথিরম্মী। মখোয়না লৈরিবা ইখোল অহুদা শাম্বু চাজেনবী অমা হেক-হেক লাক্তুনা য়ারেম্মী। শাম্বু মপী অহুস্থু খরা লৈরগা শিদোকখ্রে। শাম্বু মচা অহুবু লুপ্রাবী হুপী অহুনা য়াম্না লুনা ভৌবীরম্মী। শাম্বু মচা অহুনস্থু করিস্থু তৌদনা লুপ্রাবী অহুগা অহুম লৈমিন্নরম্মী। লুপ্রাবীগী ইমুংদগী থুম হেক-হেক লৌতনা চারম্মী। থমগী মহাও কাওবা ওমদে। শাম্বু

মীমাং-পোমাং খংদবা য়াওবা। ( লৈশাবী কোয়োহে, পাখং নপথি থাং )।

লাকইবসি খুৎথাংচাবী ভাক্তনি :— মথং-মনাও লৌনরকপা খরা-খরা তোংনবা হোৎনহৌবা।

লৌজ-নাম পুজ-নাম হৈবা মীদি লিকপদস্থু শেন্দাং মথি শিকিনি হায়না খুম্লিংই :— লৌশিন্নবদা হোৎনবা পিথোক্লিংদবা মী। মওং চাদনা লিকপা।

লৌরোম্নবা, য়ুমলোম্নবা লুই, তুরোম্নবনবু খরা লাই :– মীগী খন্দবা, মহাক্কী লৌজনাম পুজনামদা হোৎনবা, লৈমিন্নবা মুংঙাই-ঙবনি। লম করাম্বা মী। লম করাম্বা মীদি মহাক্না খোৎচিল্লিবা মক্মতুদা হিপ্পা চনবদা দশা তাই হায়নৈ।

লাইরিক্তি পাদে সরস্বতী নম্বো পোত্থনা পরিক্ষা থারবস্থু পাস তৌরোই :— মথুন চেত্তবা, লাইরিক পানিংদবা। পরিক্ষাদা ঙমনিংবা। লাইরিক্কী ব্রাহৈশিং অত্থ মমুৎ তানা শঙদবা।

লৌ-নৌগী খৎনরে, য়োংদা তোকলে, য়োংনা জজ ওইহুনা তল য়েনবগুম থোকলে :— উকিলগী শেল পীনবা হোৎনবদা মরৌ-ইখোল লৈরক্তবা। মরোন-মরাং তাক্লকপা, মমৈদা কান্নবা ওইরক্তবা।

লৈকাই ইনাক খুনবা কল্লকম্বু, নোংমদি কান্নবা কংগনি :— অচৌ-অশাং নক্লবা থরদস্থু কান্নবা কংই, লৈকাইগী অকবা থবক্ত য়াওবা য়াম্না কৈ। লৈমিন্নরিবশিংগী অকবদি নহাক্কীস্থু অকবনি।

লৈকাইগী ফৌজখোন তারগা খুবাক কুয়োন হয়ে :— মশানা থবক য়াম্না কন্না শুজরকপা, হৌজিক্তি অহল ওইরুহুনা শুবা ওমত্রবদা মীনা শুবা উরগা কল্লকপা। মীগী মীরা তারগা খোইরাং-খোই-শাওবা।

লৈতুম হুন্নক্লবদি, মুংহুম্না ওক-কদবনি :— মীনা হৌরক্লবদি অতাবী তৌবা কৈ।

লম-কেৎ লম-হায়বা থকসি-খাসি থংদবা চৈ-চায় :—ব্যবহার লৈতবা, মহাক্না তৌরগা লোয়রে থনবা মীনি। তান চাত্রবদি চোপ্পী।

লম্বী অনানবদা চৈশু শুবনি :— অরাবা তারবদা থরদং কান্নবা কংবা মতেংনি।

লাই খুরেম্বীগী ছিদ্র লৈবনি :—পোৎ মাংগ্রগা কংত্রিবা, চিংনবা চুপী অগাংদা হায়বা।

লম্বী অমনবা থী কাইজনগনু :— ক্রে হায়হুনা হুন্দোকনু কান্নবা মতমন্নু লাকনি। অহল-লমনদগী অক্ষবা পাওতাক কংগনি। হান্না লৈবা পোত্তু থমজিল্লগা কান্নবা মতম লাকপা য়াই। (লম্বী অমনবা থী কাইজনগনু)।

লায়না পোৎ-থম্ফম নাইবদি মিৎ উইশিলগা খিবা য়াই :— নশাগী পোৎ-থম্ফম খঙনা থম্মু। থবক খুদিং নিয়ম-নিতি নাইয়ু।

লাই-ওক্লবা লায়চুই, ইনাক খুনবা নোক্লবা লায়চুদে :— ওইনিংবা মশংদা মপা চাত্রবদি ওইবা য়াদে। নোংজম্বা মপুনা শেম্বনি। ফত্তবদি লায়, ফনবা হোৎনবদি বানা থোকই।

লৈত্রগা মচং চায় :— সরকার য়াম্না ওইরক্লবদি য়াম্না লুনা লিহুনা থম্বা পোৎসু শিজিন্নথোকই।

## র

রাতোম্না রাংলগা কান্না কমদেকই :— চাওথোক্লবদি লম্বা অমনা নমথরগনি, চাওথোকসু। কল্লনা তৌবা কান্নদে, নোল্লুক্না চৎপা কৈ। ঐনা মহেল্লে খনগনু। ( ইডুকেসন ডাইরেক্টোরেট মণিপুরনা লৌবা ক্লাস IX 1986 তা হংখিবা )।

রাশসু শাবা, লালুপসু কাবা :— থবক্তি তৌবা থবক রায়োং থোক্কবা।

রাবনা শদৌ থোংবা, চরী তৎপা :— য়াম্না শাথিনা রাবা অমসুং চাক লাম্বা।

রাক-থৌনা শোকপা মক্ষমদা থুম তৈবা :— দশা তাহুনা লৈরবা মীওইদা অতোপ্পা মরাল পীশিনবা।

রাবীরুসু অতনবদি হুমিং থুদিং ছুটি ওই :— থবক তৌনিংদবা অতনবা। হৈবোং মথাদা ময়া কাথৎলগা হিপ্পা।

রাগুগা গুগনুগা ইঙ্গাং মথেন লান্নবগুম্বনি :— য়াম্না কাক লৈবা থবক।

রাগী রা-পানি :— মপা-মপা চাবনি। মান্ন-মান্নবা থেংনবনি।

## শ

শামুগী মপোৎ ইরোইদা থোনবা :— অশোনবদা অরুম্বা পোৎ থোনজিনবা। লাইরবদা হাজাও লাংহনবা, মপা চাদবা অমসুং

পুবদা য়াবা। মতিক-মপা চাদনা, ওমনি-ওয়োই, খওদনা, ছাজাও লাংবা।

শাবী লাও লাও চংশি লাও, কন্নকপা য়াম্মী কনজাওবা য়াম্মী মাংদা থারো লাও :— মাগীনি হায়না লৈবক্ শোয়হল্লিংদবা খম-বল চাওবা।

শারা-খারা শাবা :— মথোং-মরম খওদবা অমস্তুং পুমচায় চাথায়বা।

শান্নবনা অঙাংগী হৌনবনি, অঙাংদি লাইনি :— শান্নবা হকচাং কৈ। অপিকপা অঙাংদি অফ-ফত্ত করিস্মু থংদে, মখোয়না শান্নবদা ( তুংদা ) লাই য়াওই হায়নৈ। অঙাংদি জাতিগী য়ুম্বীনি।

শজি নংগী নরৌবু শঙাই এনা করিগী খওলোই :— লৈমিন-চামিন্নহুনা লৈবা। থবক থুদিং উবা, ইখং-খওনবা।

শেন্দাং ওন্না তাবনা চেং মচং চাই, হৈহৌদ্রবদি হৌদোংগী মথয়াত্তা তাই :— ওফিস ওন্না কাবা থেংনা কুম্বা, থবক ওন্না হৌবা থেংনা থাবা, মী-মান্নবা ওমই। অহোং-অচাও ফংগল্লি। খোংহৌ হানবা লমজেন থোক্ট। ওন্না তুম্বা, ওন্না হৌবা, হকচাং কৈ। ওন্না মরু মরাং পুথোকপা কান্নবা ওই, হৈত্রগা তিন তাহুনা তোকই। তৌগদবা থবক মাংজোননা হোৎনৌ।

শামু ময়া থিন্দোকপা মঙ্গে থেংগুনা য়ৈশিনবা চংদে :— মরাইবক্লা চুম্নবদা থিংবীনবা লৈতে। শূদনা পানবা ফি, চোইদনা ঙৌবা চেংনি। অফবদি ফরবনি।

শেন্দোয় পাম্বদগী শেলেপ মাংবা :— অথোইবা পাম্মল্লবস্থু কায়দে। কা হেন্না অথোইবা পাম্নবদি অশোয়বা লাকই।

শিরমক্তদা মরুনা য়ুবা:— হিংলিভৈদা মরমচৎ ফৎলমদবা, শিরবা মতুংদা ফল লাকপা।

শালাক শাবা :— পুংচাই চাইথোকপা। মওং চাদনা লৈবা।

শাগুন থোংদা ফি পায়বা :— থবক অতৈগী সঙ্গতি ওইরুবা।

শাথিনা পোৎ-হাপ পাম্বনি :— পীরিবা চাংদগী খরদং হেনবা অমস্থুং থোইবা পাম্বা।

শগোল-হনজন কৈনা চাবা :— অহানবদা মাই পাকখ্রবা, মতুংদা অমুকস্থু খুদোং-চাবা ফংখিনি খন্দুনা চংলুবদা অমাংবা ওইবা। দশা তাবা য়াওবা। (শগোল হনজন কৈনা চাবা)।

শোম্বরগা শেনগাও লাকপা :— তুথশয়রগা ডাকু ওইবা। য়তৌ মান্দনা তৌবা ওম্বা।

শূদনা-নোমদনা চাবা য়াবা ইখোল লৈরবদি লৈবা পামই :— লৈপুং-য়াকাহুনা লৈরে, হনজিনথ্রগদি চকুদা মিয়াং থুবা, ইমুং, ইশৌ-লাংনবা, য়ুমলোয়বনা কল্লক পেয়রকপা। শুবা-নোম্বা লেপ্পা য়াদে।

শিনি হায়বা কিরবদি অহিং তুমলুস্থু :— তৌগদবা থবক্তু হেক্তা তৌথ্রো। থোক্লবা অমা লাকনি। থবক্তু ইচৎ থোনা তৌবা শুমদবা।

শাওবা থুমগী মতিক হস্থবস্থু থুবা :— মল্লোম লৈতবা। থুনা শাওপনবা।

শামু থৌরি পৎ-তৎ, কৈথেল গ্না কায় :— কিন্থনা লৈজবা অহুদা অমুকন্সু কিন্নবা হায়জিনবা। কিন্থনা মীয়ামা চেনবা।

শামু ঝারুম, নিংথৌ ঝারুম হায়বন্থনি :— অচৌবদা অকনবা গ্না হায়খিবা কাওগদ্দে। মলোম থম্বা। লমন থুন্নবা থম্বা।

শামুনা ভাই খওদে, নিংথৌনা ভাই থিদে :— ইনাক খুনথ্রগা লাইরবগী গ্রাখল কাওথোকখি, হুংভাইবনা অরাবা খওদে।

শম্বলনা হরায় মতোন চারে :— থাজদবনা কারল লাকপা। চৎনবীদা অকায়বা ওইবা থবক।

শিংতোকখ্রবা তিল হজ্ঞনবা য়াদে :— হায়দোকখ্রবা ঝাকম, পীথোকখ্রবা য়াথং লুই। হন্দোক-হজ্জিন তৌবা য়াদবা থবক।

শারাক-শাফু-ফবদি খ্বাইনা বাথান তৌনৈ :— মশা-মউ ফবা। মপাঙ্গল ফবা শারাক কনবা কাংবুদি খ্বায়না কিনৈ অমস্তুং ব্যবহার তৌনৈ।

শায়াম থেংনবা অমস্তুং লাইরিক পাবা মীদি শিংবা হেল্লি :— মীতেক মীরো উবা। থবক তৌরগা শিংবা অমস্তুং খওবা হেল্লকপা।

শারিঙৈদা য়ৈহৌ, শাজনিংবা শাবা য়াই :— নৌরিঙৈদা হোৎনৌ, ওইনিংবা মাইকৈদা ওইহনবা য়াই। অঙাংশিংস্থু অহু মঙায়। পীক্লিঙৈদগী হোৎনহুনা শেম্বীবা য়াবা মওংদা শেম্বা কৈ।

শামু মথুন পেনা খোংগুম্নি :— থওই গ্না-ওইনা তাবীদবা।

শারি-নামুংনবা :— গ্নাশরুখিবা। লাই-শোননবা।

·শামুনা মন্নাং কংলগা ইরোইমুক চাওবা :— ইনাক খুল্লম্বা অমনা লাইরথরক্লে হায়হুনা লাইরবা চুদৎনবা অমগা মান্নবা য়াদে।

শরেংস্থ খোংবা থাওস্থ থাকপনি :— অফবদা অফবা ওইবা, ফজবদা ফজবা হেনগৎহনবা।

শজি নমাংদস্থ লাং, নতুংদস্থ শাদানবগী তেন :— চেনবা য়াত্রবা থবক।

শিংজু ময়ানদু মঙাইরে :— অস্থম-অস্থম ইয়াওদা য়াওবা।

শংখ্রবা মচু কোকপা য়াদে :- হৈনখ্রবা থবক কাওবা য়াদে।

শারম খংনা শা-থিয়ু, ঙারম খংনা ঙা-থিয়ু :— থবক অমগী পন্থুংফম য়ৌনবা হোৎনবদা চৎকদবা লম্বী লান্না চৎলোইদোবনি। থবক খুদিংমক নিতি-নিয়ম চুন্না তৌ। চৎনবী পথাপ কায়গনু।

## ষ

ষণ অশিবা মনাক্তা লেপ্লগা প্রায়শ্চিৎ ফংই :— ফত্তবা সঙ্গ তৌরবদি অরাবা তাগল্লি। সঙ্গনা মী ফহল্লি, সঙ্গনা মী মাংহল্লি।

ষণ-ইরোই খোঙবগুম্না খোংহুনা খাঙবা :— নাহেহুনা লাও-খোঙহুনা অয়াবা মৈ-চাক খাঙবা।

ষণনা উরোক থোং লাল্লবদি উরবস্থ উই হায়নদে :— ওই-খোক্লোইদবা, থাজরোইদোবা য়াফম মীঙোন্দা হায়গনু। করিগুম্বা খোক্লবস্থ উবীত্রোপনি।

ষণ খোঙগুন্দা লাইনা লৌই হায়বহুনি :— দশাবু ফত্রবদি তৌরুবা থবক মপা চুমদে। মচানি থওইরুদবা, অপীকপনি উশিং-লুদবদগী খুদোং থীবা থোকই।

ষঞ্জেম্নহা কৈনা চাবা :— ওইবা য়াবনা ফাগী তৌবা। মমৈদা অচুম্বা লাকপদা থাজনদবা। মফম মতম থওদনা ফাগি তৌরবদি শোয়বা লাকই। ফাগি-ফরাং তৌবদা মতাং চান্দ্রবদি শোয়বা য়াওথিদবা নত্তে।

ষণবী লৈদ্রিঙৈদা হোদোং হাংপা :— থবক থোক্ত্রিঙৈ অমম্ভুং তৌদ্রিঙৈদা ভাবনা মুংঙাইবা। য়াখলগী মতুং ইন্না থবক তৌবা।

ষণ অতেবনা য়াইবা শরু ফংই :— মবুক কৈ হায়ত্নুনা থকসি-থাসি য়াংলুবদগী তাথি-তাওইনা তৌরকপা। মপ্রক ফবনা শাও-

সিজ্রিয়দবা থাং কোহ্লিং কাই :— থিজিল্লুত্নুনা খঙলবা পোং শিজিন্নদ্রবদি কাউখিবা য়াই নত্রগা কাম্ন্ফম খঙদনা মাংখিবা য়াই। শিজ্রিয়বনা লংবা হেনগৎলি।

সাওত্নুনা পোংতা তায়নবা :— থবক্তু মপা থোক্তত্নুনা .থং-লুবা পোত্তা তাইনবনি। য়াথল খন্দবা। অশাওবদি মুর্খনি।

সাহেব মচা ঈশিংদা তাত্নুনা শিদে, শরোক মনাক্তা লৈবা কাংলম চেনবা মীদি গাড়ীনা শোক্নুনা তোকই :— অশিংবশিংনা অত্তোংবদ-দা লেপই। মীশিং-নাশিংবা কৈ। অপংবদি মফম খুদিং লাল ওইনৈ।

সানরেম্বী থোরকলো নহুম পোনদেন শাবীগে, লাই খুবাক খুবীগে :— মীয়ামগী মকোক ওইবা নত্রগা লাই হরাওবগী লাই লেংথোক্লকবগী মতমদা ইশৈ ওইনা শক্লে। (নিংথৌ পাল্লিভৈগী রানি)।

সন্ধ্যাগী পোং লোইশিনবত্থু মঙাইরে :— হাথু-হাথু থবক তৌবা, লোইশিন থমজিনবা, মরল-মথুম, মপোং-মচে চেকশিনজবা।

সাগপ-লাই হোৌবত্থু মঙাইরে :— ময়ামগা মান্নদবা মানা থোক্পা অমা তৌত্নুনা লৈবা। থপচিং-থপচিং তৌবা। মচিং-মশোল নাইবা।

সাজৎতি শামু মচানা চৎপগুম্বনি :— মীওই মীতৌ ফজবা, য়েংবগী পেনবা নাইদবা। মুংশিজবা মীনা চৎপদা ফজবা। মী-শীগী পুক্নিংগী রানি।

সাধু সঙ্গ তৌ, অয়ান-খুভম ফংগনি:— অফবা সঙ্গ তৌ। অফবা সঙ্গ তৌরগা স্বর্গ কাই হায়নৈ।

## হ

হৈমন শিংমল্লগা পশিং থোকই:— মন-বদা ফবা অমতা লৈতে। থবক মওং চাদনা হেঞ্জিন্না তৌবা। মতুংদা থবক্তু য়ায়োং থোক্তবা।

হুয়ানবগী তয়ানি মপুগী নোংমা:— শুইদবা অমস্থুং চুমদবা থবক্তি কুইবা য়াদে। খুদোং চাবা ফংলিবমখৈ অয়ানবা থবক তৌবা। ফারবা মতমদা অয়াবা ফংবা।

হৌখিবা শা চাওই:— হৌখিবনা অফবা শুইরবোই নিংবা।

হি অনি তোংবা করাং শেগায়:— অনিগী য়ানবা চৎপা হোৎনবদা য়াবা। লম্বী অনি ফাংলবদি চয়া হেল্লি।

হিয়াং য়েংলিভৈদা তুম্বাগী শেল থোবা:— চিল্লিভৈদা চিন-শাতোন লিংলি। মফম মতম চাদনা থবক তৌবা। মীতুগী য়েংদবা।

হুইনা খোঙগদবদা গধানা খোঙলুবদগী চৈ-চায়:— মথৌ নত্তনা মথৌ শাবদগী দণ্ডি ফংবা।

হৌদোংনা মৈ-লৌবা লাক্লগা শঙ্গোম উরগা লমদনবা:— অপাম্বা পোৎতু উরগা য়েংনিংবা পোকপা। য়েংহুনা লৈখোকপা।

হৈনবীনা মরুনি, কাখিবা ইশৈ শংলকই:—চায়োক-নাওয়োক লুই, শভম-শভমনা পুই। হৈনথ্রবা শাজৎ কাওবা ওমদে।

হৈ লৈরা, থাং লৈতা, থাং লৈরা হৈ লৈতা :— দরকার লৈবা অনিছু অমা লৈরা, অমা লৈতা তৌবা।

হুইরোয়ছু মঙাইরে :— লোয়া-থুপ্না লৈরিবা পোৎ অছুবু কোইথি থিছুনা মীঙোন্দা খঙহনবা।

হকচিক লাংবা :— তোপনা অচিকপা মফমদা পোথাবা।

হেদো-হেরাও কাবা :— লমকেৎ-লমহাইবা, মীবু থওই-উশিত্তবা চরাং-খোয়রাংনবা। মখেল্লাংবা, নিল-খোংবা।

হৈচেৎ-হৈকায় ওইবা :— মহৈ মপুং ফাদবা অমসুং ফজবা য়াওদবা।

হৌরুরবা থবক অতাবী থংউ, মুপানা নিংহল্লবা হৌনদে :— চংলুরবদি হল্লুরমু, থবক্কী মরম মুন্না খঙউ। কীহনা হন্দোকমু, মুপা থোকউ।

হৈবোং মখাদাময়া কাথক্তুনা লৈবগুম থোক্লে :— অমত্তনা শু-নোম্নগা ময়াম চানি হায়ছনা ঙাইবা। অমতগী শেলথোক লৈবা।

হুই হমুবদা শরাক ভম্বীরুহুনা কায়দে :— অহল ওইররুহুনা ওমজ্রবা মীদা মথৌগী অরুম্বা পোৎলুম থোঙৎপা। অহল ওইরবা শিজিম্নবা য়াত্রবা।

হুম্নরবদি লৈতুম রাৎতে :— অরাই-অখুম তৌনবগী লোইবা লৈতে।

হুইনাও মচাবু লুনা-চাম্না তৌরগা লৈত্তোন লেকই :— লুনা তৌরগদী শোইরা। ভিক-থোংলগা নঙল কায়।

হুই চানি হরাওবা, হুইগৎ তত্তুনা চেনথরে :— চানি হায়দুনা ময়াম হরাওদুনা লৈবা, পোৎ লৈরমদবা। হান্না মপাল শাদুনা মুংঙাইথোকপা, কোন্না ফত্তবা ফল ফংবা।

হৈবোং মন্নংদা লৈবা তিনগুম্বা :— মপান থোক্তবা করিস্নু খঙদবা রাজাও ঙাংবা, পৃথিবীদা অহৈ-অশিং য়াম্না লৈরি থন্দবা।

হৈনৌজোম য়ুম্বান তেলঙ্গা য়াহিপ :— য়ুম্বান রায়োং চাদবা ইমুং।

হুরানবা মতুং মৈরিংবা :— থোকখ্রবা মতুংদা চেকশিনবা।

হৈ হেকপা ফরবস্নু, হৈ খুনবা হৈত্রবদি কান্নদে :— মুপানা ফনা য়াম্না পুশিল্লক্তুনস্নু নুপী ফত্রবদি কান্নদে।

হৈনিংলগা কৈমাং হিপ্পা, হৈনিংদ্রগা কৈনিং হিপ্পা :— শুনিং-লগা থবক শুবা, শুনিংদ্রগা ফমদুনা লৈথোকপা। নিত্তি লৈবা মীওইদা ফত্তবা চংদে। শুবা, নোম্বা, চৎপা মতম নাইগদবনি, মতম লৈরিবৈদা তৌতৌদ্রবদি অরেম্বদা তাই।

হৈরাং-গোইনিদা চানবা হৈনিদা, সিবু থোইনা হাওবা হৈদি, চিন্দম্বা হৈনি, রাথাক্কী কফোইনি :— মীওইবগী মশাদা লৈজবা অলংকারবু লৈশি-লৈথোনজবা।

ছিংচাবীগী মৈরোগা চপ মান্নথরে :— থবক চৎকনি হায়না চংখ্রগা পাও ইহল-হন্দোক্লক্তবা।

হঙোই দশা ফবহ্, শামু দশা ফত্তবনা ননথায়দুনা শি :— অচৌবনা শোয়রগা মথা তাবদা তাইশিনবা।

হিগায় রা য়ুমগায় রা ওইরে :— ওইদবা রা হায়জিনবা, চিরোন-থারোন তৌবদগী য়ুমগায় রা লাকই। ওইরোইদোবা রা ভাংবা।

হয়িং-খোয়াম্বীগা চপ মান্নখ্রে :— রায়াম ভাংগনবা। মীপাও ভাগনবা।

হুই ভাওরে, হুইবু থি, শল ভাওরে শলবু থি :— মচানা-মশুনা ফত্তবা থবক তৌরুরবদি, মমা-মপা, শাগৈ-নাতৈ মরি-মতা থিরকই।

হকচাং ফবা ললনি, হিংম্নবা চাবনি, চানবা হিংবা নত্তে :— অমর ওইবা জীব লৈতে। থ্বাইদগী মুংভাইবা পুন্সি হকচাং ফবনি। হিংলিভৈদা অফবা থবক তৌরম্বনা তুংদা অমর ওই।

হুইদম্ব শিকার তম্বীরগা শিংই :— শাশিংদি পোকপদগী লৈরকপা জ্ঞানদগী থোইদোক্তে। মীওইবদি তাকপি তম্বীরগা শিংই, লাইগা নরুবা মীনি। জ্ঞান লৈবগী মন্নুংদা মীওইবনা অথোইবনি।

হিংচাবীগী হিথোম-য়াইথোমত্থ মভাইরে :— ফিজেৎ-ফিগাই ফত্তবা ময়াম পৈশিনবা।

হকচাংগী অফ-ফত্ত পুন্নমক চিঞ্জাকগী থোকপা ভাক্তনি :— অফবা চিঞ্জাক চাবনা হকচাং ফৈ। ফত্তবা চারগা যত্তবা ওই। হকচাংগী য়েংনা চাবা ফৈ।

হুরানবা নকোক্তা নাপী পকলে :— অরানবা কুইনা লোৎ-তুনা থম্বা য়াদে। ফত্তবা থবক তৌরুবা মীশিংদি কনাগুম্বনা রা ভাংনবত্থ মথোয়দা ওইরবোই নিংই। মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদবগুম্বনি।

ছুইবু দোলাই তোংহল্লগা থীগং উরগা চোংথৈ :— পাওদবা অমসুং অপংবা মীবু ফনবা তোরুবা মমৈদা অরেম্বা তাই। অফবা থবক্তা থাঙ্গত্তুনা ফনবা হোংনরুবা মমৈদা মাগী জাৎকী হৌনবীত্থু তোরকপা।

হৌদোং ইকাইদবা, ইরোই নিংথমদবা :— হায়বদা ইকাই-থওদবা মাইথাবা। ফনা হায়তুনসু মাগী-মাগী হৈনবীদা লৈবা।

হুদনা হুরবদি, লৈমা হু :— লৌদনা লৌরবদি মচি ওইবা, মরু ওইবা লৌ, ঘাঁথিদা চোপকনু। মোরোক মেৎপদা জাৎ তাগনু।

হৈজিং খারাই পুদবী মচা, পালনাও-শিংনাও তারকপদা কয়া মুংঙাইতবা :— লুহোং-কৈহোংবা, কৈনা কৎপা তোরক্তবা মুপীগী মচা শাগৈ অপোকপা খুরুম্বদা কয়া মুংঙাইতবা।

হাক্কজবদা থুৎ থাজিনবা :— লৌনিংনা লৈরম্বা, পীশিল্লুবা, মপা-মপা চানবা।

হিনাও শাবা ফরবদি, হিরোইশিংসু কৈ :— মকোক থোংবা ফরবদি, মথা তাবা কৈ।

হুরানবনা অফবা পাউতাক তাদে :— ফত্তবনা ফত্তবগী রাথলদা অতুম মরৈ। শাগী মমাংদা গীতা পাবগুম্বনি ( থিবগুম্বনি )।

হোরকপা নাপীনা লৈপাক্কী লৈহাও খংই, ভাংথোক্লকপা রাহৈনা মীগী পুক্লিং খওই :— তোথোরকপদা অমসুং ভাংথোকরকপদা মীশক খওই। মীগী অফ-ফত্ত তোথোরকপা থবক্লা খওই।

হিকু-য়াইকুবীবা :— হি-য়াই পীবীবা অমস্থং চাক-বু-ললবু-বীবা। মপুনা খোজানবীবা।

হণ্ডোই মরিল ছুং-সা মীগী মতৌ তম্বী কাকফৈ নিংভেকপী :— মতৌ মওং তম্বা পামজবা।

হাজিরা খৌম্ব ওইরে :— লেলা-লেলা তৌহনা মতম ঙাইনা থবক শুবা। পাম্নবা য়াওভ্রবদি থবক নিংথিনা শুদবা। অসি ফাওবা শুগনি হায়বগী পংথৈ পীদবা থবক। নোংমগী মতম লেম্নবা শুবা।

হাপ্পা চনলোইদবা কোক্তা লৌশিং তাকলুছুনা কাম্নদে :— পাত্র চাদবদা পোং হাপচিনবা, ওকমাংদা মনি লংথোকপা, খঙ-লোইদৌবদা তাকপা কাম্নদে।

হায়দোকপ্রবা য়াকম ঙমজনবা ঙাকনি :— শানা খোঙ্গুন্দা শি, মীনা চিন্দা শি। জবান ঙাকউ। এক জবান ওইবা কৈ।

হিথুংঙমদায় হিরাকপা হায়ন্থুনি :— ওইরমদাইদা থবক্তু ফেল ওইবা। মপুং ফারমদাইদা শোয়বা।

হায়রে য়াতা থি, হায়দরে য়া মাংবা :— মীশক-মীমায় য়েংবদগী মাংজবা ওইবা। অতোপ্পা অহুনা ভাব তাবা য়াৎপদগী থোকইবনি।

হায়রিব-মক্তদা হৈ-য়া-হে :— য়ারী লিবমথৈ লিরগা সিতা কনাগী মতুনো হংবা। ভাব ইতা-তাবা ঙমদবা।

হৌদোং নৈত্রবদি, উচি মখে লাংই :— মকোক থোংবা নৈত্রবদি থবক শুদে। পাম্নবা, মথকথোংবা য়াওভ্রবদি কুশি-য়াশি তৌই। খৌবু য়াওভ্রবদি অয়াম্বনা নাথৈহুনা নৈগল্লি।

হৌদোং তুমিন লৈবনা চফু ঙমই :— থাজদবনা তৌথোরকপা। রা-লাল কয়া ঙাংগন্দবা থাজদবা মীনা থবক্তু ঙমথোরকপা।

## ক্ষ

ক্ষেত্রি মচানি, লেয়া মাংলোয় :— জাংকী মচানি, মহৈ মশিং নিংথিনা হৈরমগনি। মরিন লৈক্ষম থোকই। ( মগুণ ঙাক্না চৎচবা মী )।

## য়

য়াহিপ ক্ষম-ক্ষম সুংঙাইবা চাক-চা সুংশিবা :— কা হেয়া পোথাহনা লৈথোকপা অমসুং চাবদি মনিং থুংদবা। অতনবদি থুদোং চাবা কয়া ক্ষংগন্দে।

য়ুমদা কুরু শুংহনা লৈ :— য়ুমদগী চৎথোক-কন্দবা। শিল্প-বোপ্না কোম সেনবগুম লৈব্বা। মশানা কয়া হৈনজদবা।

য়েনখা পাও-তাবী, শাইজিন পোলিবী :— মক্ষৎতা মীরা ঙাংনবা পাম্বা। মীনা ঙাংনবা রা লুমহনা তাবা।

য়েন-খোঙ শোয় চাশিনলু, লাইগী য়েন্নি চাক্ষদে :— ওই-থোক্কবা থুদম।

য়োংদা সনা পীরুহনা করি কান্নগনি :— শিক্তিন্নক্ষম থংদবা মীদা পীরুহনা কান্নদে।

য়োংপু সনানি হায়বা য়াদে, সনাবু য়োংনি হায়বা য়াদে :— মাগী-মাগী অতাবী লৈনৈ। অক্ষবনা ক্ষনা অহুগা ক্ষম্ববনা অহুম ক্ষত্তনা লৈগনি। মৈবু ক্ষিনা কুপ্পুনা থম্বা য়াদে।

য়াইরোংনা য়াইরোং কল্লি, শবীরাইনা শবীরাই কল্লি :— মানা মানা তৌরিবা অহূনা কল্লি। মশা-মশাগী থবক্তা পুক্নিং লুপনৈ।

য়োংপাক্না শোক্লবা হঙোয় বোরোবীহূ মঙাইরে :— তৌরুবা থবক মঙ্গোল ওইদবা মী, পৎথহূনা লৈবা। তৌরুবা থবক্তু মাইথিরকপা।

য়ুমদাংবনা কৈনাবা, লৌ মপু য়োং তাল্লে :— মপু নত্তনা মপু শাবা, ঙাকথোক্লবা হোৎনবা, হেনজিন-মল্লকপা মতাংনি।

য়োংনা ফুরি অমা থুংলগা লাইজৌহূনা শি :— অনাবা খাংবা হৈতবা। অনাবহূগী বাখলদা তৌহূনা মচিন্দা ক্ষোংদোক্লকপা।

য়োংবু ইরুজখোকপিরগা মীনি হায়না থম্বা য়াদে :— মীপুম থুদিং মান্নদে। ফত্তবনা অকবা শাবা য়াদে অমসুং অথীবনা ফজবা ওইবা য়াদে।

য়োংয়াম মমাংদা চয়োম থোকপা :— চাগদৌবনা য়াম্বা, পোংতি খজিক্তা ওইবা।

য়েতুম মচিন অতুম্ববুদি চিন্নাইদবা ঈশিং মচিন্না হেন্না তুমই :— ময়াম্না উরিবা ফত্তে খঙবা অহূদগী হেনবা ফত্তবা উবা ফংদবা কয়াম্সু মরৈরি। চেকশিনবা কৈ।

য়ুম-সিদি কাক মথোঙ পুথরে :— য়ুম হো-দ্রোং হোরাওবা, নোং য়ুরবা অমসুং মল্লবা।

য়েংবদা কল্লু, খাঙবদা কল্লু মাংদা থোক্লগদবা ঙাক্তনি :— পুন্সিবু শাংলবদি অক-ফত্তা থুদিংমক উগদবা ঙাক্তনি।

শৈরেং মতেক

## চীং-তম মণিপুর

চীংলোন মাপলনা পল্লোনবী
চীং-মী তম্মীনা খুন্দাবী,
অরাং কৌব্রু অশুপ্পা
লৈমাই খুন্দা অহানবা
য়াংব্রেন খানা চাওবনি।

লোক্তাক লাইরেম্বীনা পুকৈনি,
মণিপুর সনা লৈবাক্কি।
ভারতকী নোংপোক চিদাইদা
ইংনা চিক্লা ঙাল্লিবী,
চীংনা কোয়না পনশাবী।

উমংলাইশিং খুন্তম লাৎনরিবী
লাইগী লৈবাক ওইরিবী,
চীং-তম অনিদা
সহর কয়ানা লৈতেংলি।

অওনবা নাইবা জগৎনি,
মালেম লৈমা পুকঙ্গবী;
ঋতু তরুক্লা থোগনবীনি,
চীংদস্ু সহরশিংনা ঙাংনথোইরি।

অকংবা খরনা পেম্নরি,
লম লমগী চৎনবীনা,
মকম মকমগী হরাওনৈ।

প্রকৃতিগা খুৎশেমগা পুনষ্রে,
চাওখৎ থৌরাং খুদিংদা
অন্নাৎ-অপা লৈতবী,
মণি থোকপী মণিপুর।

চীংজাও কয়ানা মখোঙনি,
পাম্বী খিবিক কয়ানা
জীবশিংগী হিংনবগী মরুনি,
তুরেল কয়ানা মগুণনি।

তম্পাকী ফজবনা মাইথোংনি,
সহর কয়াশিং মিৎয়েংফম্নি;
ইচা মীচা নাইদবীনি,
লাইর-ইনাকখুনবা খাইদবীনি
পুম্নমক লাঙ্গোন্দুনা থম্বীরি।

মকম মকমতুগী পোংথোক্লা
হিংনবগী মচাক ওইনরি।

অফবা থবক তৌরম্বনা
তুংলমচত্তা অমর ওইরিদো।

মচা কয়া চৎশ্রে,
মচা কয়া লাকইদো ;
অহুবা মচা লাকখিনি ।

চীংদা য়েংই ৱাক্তেদো
তমদা য়েংই মরৈরি ;
লাইনিং লাইশোম্মা নিম্নরি,
ধর্ম্মনা লেংদবা উপালনি ।

শিংথাসন্থ মালেম শিনথুংনা,
বিজ্ঞানগী লমজেন তাম্নবদা
ভাগহনবীয়ু চীং মী-তম্মী পৃথীবীদা ।

লাইনা থাবা মপোক্কী,
পীথোক্লকপা হৈনবী লৈনৈদো,
চায়োক নাওয়োক ফবীনি
মালেম লৈমা মণিপুর
লেপহনবীয়ু নচাশিংবু অতোংবদা ।

জয় মণিপুর ।

## ফুংনাক বারী

# লাইবক চাং-য়েংবা

ইবেম্মা লিবনি

মতম অমদা লাইরবা মুপা অনিখক থুঙ্গং অমদা লৈরম্মী। অমনা চাওবা অমনা তোম্বা কৌরম্মী। চাওবনা খল্লি লাইরবা হাযবা লাই অসি ফারগা দগ্ডি পীদবা য়াদে। মহাক্না তৌরিবসিবু করিনো, ঐনা শু-নোমহুনা অসুক কম্না হোৎনরিবমক্তদা লাই চথেৎপিনা হেক হেক খেত্তুনা ঐবু লাইরহল্লি। লাই ফারগে খন্দুনা মহাক্কী ফমথক-শগাইদা লৈরিবা লাংজন থৌরি, কোঙ্গোয় বাওবা অহু পাইহুনা অথেংবা অহিং নোংয়াইদা থোরক্লে। মপুক্লিং চপ য়ুংনা খনখরে লাই ফারগে হায়না। লাই খুনদিন্নফম লৈপুং অচৌবা অমা লৈ, খোংনাং অচৌবা অমা ময়াইদা হৌই। উ-রানা পুমশোং শোংবা মফমনি। মফম অহু তান্না লাক্লগা মুপা অহু লুমহুনা লৈরে, লাইশিং অহু লৈপুং তান্না লাক্লে। লাই অমনা মী লাকপরা হায়হুনা য়েংনবা খোংনাং মথক্তা কাখৎলি। মুপা অহুনা ফন চোংথোক্তুনা "লাই-ফাগে, লাই-ফাগে, লাই-ফাগে, লাইয়াম ঐনা ফারবনি" লাওথোক্লে। লাইয়াম্না লাওরে, "ঐখোয়বু নংনা ফারগমু, নহাক্কী লাংজন থৌরি মতোন খরা নতুং-

— — — — [illegible] ...নৈরবাস লাইয়াম

লাংজন থৌরি মতোন খরা খাদয়গা ময়ুম তম্না লাক্লে। লৈরাখংদা লাইশিং অহুনা মুপাহু কিনবা নিল-খোংবা, রিকায় কয়া, উতুনা হোৎনৈ, মুপাহু শুকি কিদরে। মরিন ফবা মুপা অমা ওইবহুনা লাইশিং অহু উপাই লৈত্তরে। ময়ুম মৌরক্লে মহাক্কী মুপীমু মপু- রোইবা হল্লক্কবহুদা অহিং শিংশেন থাংহুনা লৈরম্মী। মপুরোইবগী খোঞ্জেল তারক্লে, মুপী অহুমু কয়ি থোক্লগবা লাইবক্না লাইবক চোংবনে। অসুম্না লৈরিঙৈদা কৌরক্লে নহাকপু তারিখরা, মপু- রোইবগী খোঞ্জেল তাবদা থোং হাংদোক্লে, লাইয়ামগী তৌরক- লিবা মওং উবদা ধুপ-থাউমৈ থাহুনা তরাম্না ওক্লকই, মুপী অহুনা মপুরোইবদা চৎলিবা ব্যবহার পুম্নমক উরুবদা লাইয়াম্না পেল্লহুনা সনা মতুম-মতুম লুপা থাওজাও-থাওজাও মুময়াইদগীনা ফুংনাক লাইরু ফাওবা পৈবীরম্লে। লাইয়াম্না বর পীরম্লগা হনখ্রে। মমৈথংদা ইনাকখুনবা য়াংতা পাদবা অমা ওইরে।

ইথং থংহৌদনা ইনাক খুল্লকপা উবদা মহাক্কী মরুপ তোম্বা লাক্লুনা হংলে। "ইতাও নহাক করম তোনা ইনাক খুল্লকপনো" হংলরে। রারী পুম্নমক লিখ্রে। চাওবনা মতাও রেংহুনা হায়, "ইতাও নহাক করিগুম্বা কিবা য়াদে, লাইয়াম্না নত্তুং ইল্লকপদা। করিগুম্বা কিরবদি শিবা ফাওবা য়াই"। কিররোই ফরে হায়হুনা তোম্বা মশামক ময়ুমদগী লাংজন থৌরি কোদোয় পানবা অমা পায়হুনা চৎখরে। লাই খুনদিল্লকম অহু য়োংখ্রে। অহিং নোং- ময়াইদা লাইয়াম লৈরম্লে কন চোংশিনখিহুনা, "লাই কাগে, লাই কাগে, লাই কাগে" হায়বদগী লাইয়াম চেনবা য়াদহুনা লাই

পুম্নমক মহাক্লা হায়রবা য়ারে। লাইয়াম্না থম্নি নহানমুকী মুপা অসি লৈরম্লে, লাই পুম্নমক মতুং ইন্দুনা লাক্লে লমথাংদা মুপা অদুবু কিনবা লৈচ্রেং চাইথবা, করাংলিংপী, লমশন, ভূত-প্রেটনচিংবা থোক্লুনা থংলে। মুপা অদু মথোঙদগী মকোক ফাওবা চিং-চিং লাওবা মতু চুংবা লবাই মশম চপ-চপ য়ুংবা, মখোন নিকপা অসিন-চিংবা কয়া তৌই। কিশন্নদবা শাই, ( মরিন লৈতে ) মমৈদা মমুম য়ৌরে, ময়ুমগী মুপী কৌরক্লে "হায় মুপী", মুপী অদুনা তুমলুবদগী মকোক মশম ইক্কা ফানা থোং হাংদুনা থোরক্লে, "করি থোকলে তৌজশারিবনো" শৌ-শৌ লাওনা, খেক্লা লাওনা লাওরক্লে, "অদুননি-হে, লমশি শিরফাওবা খংলরোইনে" হায়দুনা কন্না লাও-রকলে। লাইয়াম্না লৈতুম ফত্ত-হাওদি লংশিল্লম্নগা লোইনা চেনখ্রে। মুপী ফত্তবা হায়বা অসিম্নু লুই। মুপী ওইবগী লিরি-খোইরিবা, লৈসি-লৈথোম্নবা মুপীগী মগুল্লি, চৎনবী ফিজেৎনা মুপীগী লৈতেং ওই। মুপা অদুনা অদুক য়ানা হোৎনজরুবা পুম্নমক অরেম্বা ওইখি। লাইবক চাং য়েংবা মুপাগী হৌনশানি। অদুবু মীওইবগী লাইবক্তি খেম্নে। মীনা তৌবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়রবদুনি। মীনা নিংবা থুদিংমক মপা চুম্বা ওমদে। নোংদম্বা মপুগী নোংদমখোল্লি।

## জাং-কুচু কায়বা য়াদে

থাইনা মমাংঙৈদা য়াম্না শিংলে থঙবা নোংশা অযোম অম্না জঙ্গল অমদা লৈরম্মি। মশানা শিকার তৌদুনা লমহুই মচা অম্না

কাহুনা পুরক্লম্মি। লমহুই মচা অহু হাত্তোকপিদে মহাক্কী মচা ময়াম মরক্তা থম্বীরে। মচা মন্নাম অহুগা অমত্তা ওইনা য়োকপীরে। মচাশিং অহুনা মখোয় মশেল অমত্তা ওইরবোই নিংনৈ। নোংশা মপীস্থু মচাশিং অহু য়েংবদা মুংঙাইনা লৈরম্মি। নোংম-নোংমগী মচাশিং অহু চাওশিল্লকপনা মশানা শিকার তৌহুনা মখোয়না ফাবা ঙন্বা শা মচা কয়া অমস্থুং অচৌবা কয়া ফারম্মি। লমহুই মচা অহুদি ইয়াও য়াওরমদে। শিরবা মতমদা চাবা হেক-হেক য়াও-রম্মি। নোংশা মচাশিংনা মহাকপু চিংনরম্মি। নোংশা মমাদনা খঙই মহাক ( লমহুই ) অসি পুষ-পুত্রনি হায়বা। নোংশা মচা-শিংনা অচৌবা শা ফাবা উবদা লমহুই মচা অহুদি কিবনা থক-থক নিক্লম্মি। অক্ষবদি মপাগী-মপুগী মগুণ ঙাক্লা চৎকল্লি। লম-হুইনা লমহুই-লৌশিং তৌরকই। মাগী-মাগী জাৎকী হৈনবী লৈনৈ। মমৈদা ময়ামদগী তাম্থোরকই।

নহনফমদা হল্লো, নতেফমদা তেরো। জাৎ কুচু কায়বা য়াদে।

# ৱারী মতেক

ইংশোক ১৯৭২ দা মণিপুর অমুক হন্না ষ্টেট-হুৎ পীরে। শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীনা লৈখিদবা অসিদা য়াম্না মুংঙাইনদে। ফজদবা মীহাৎতা হাৎখি, তাং ৩১।১০।৮৪ ইংগী অয়ুক চাওয়াক্লা পুং ৯ মিনিট ১৮ রোম তাবা য়ুমশকৈশ মুমিৎতা অরোইবা য়াহিপ তানখি। ধ্রুবতারাগুম ঙাল্লম্বা মাংখ্রে। মহাক্লা তৌরম্বা থবক্তি

অমর ওইহৌরে, মিংচৎকী উরোং লিল্লমলে। মী থরমথৈনা পোল্লদে, মৌনশাংনি তাইবংমীশিং মনিং থুংহনবা ঙম্বা ঙম্লৌনদে। মপোক মপোক্লা অকবা ওইসনু। শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীনা লৈখিদবা ভারতগী নত্তনা পৃথিবীগী নিংঙমদবা ওইহৌরে। ইন্দিরা গান্ধী মুপী অমা ওইবগী মগুণ অমসুং মথৌনা লৈবা মরমনা মহাক্না ভৌরম্বা থবক থরা অতুদি অমর ওইহৌরে।

# মতমগী ৱারী মতেক

(i) তাতোন (বিজোয়) :— মীওইবগী চৎনবীনা মরুনি। জাৎ কুচু খাইবা হায়বা অসি অতুমক লৈজবনি। Custom গী মতুং ইন্না কনেক ময়েক নাইবা, লমথাং থুলক ইনফি, অমসুং মুপাগী কৈজোম-কুরিৎ মতম মতমগী য়াওনগী মতুং ইন্না ফিজেৎসু হোংলকই। নানবু নাল্লবদি কজরে। মাগী মাগী জাতিগী (Custom) চৎনবী ফিজেৎ লৈতেং অতুসু অতুম্মক মফজে। পৃথিবীদা লৈরীবা মীশিং অসি সমাজ অমত্তা ওইনা লৈরকপসু য়াই। অতুবু মাগী মাগী জাৎ কুচু চৎনবী অতুদি অতুমক লৈফম থোকই। মরুপ ওইনা তিনবু তিন্নবদি মুংশিনৈ। ফিজেৎ-লৈতেং কজবশিংসু জাতি অতুবু মশক ভাকপনি হায়নৈ।

(ii) ইনাতোন ( ে

হানহুনা অম্মুক কন্না লাওরি

মুংশিননা লৈনবনা মকরে, অমসু-অমসু কাইনদবা আইনদি, action

লাল্লগা আইন লাকই। আইন চংদবা মতমস্থ লাকই। ময়ুম পাল্লবা মুপীশিংদি মপুরোইবগী মফমদা কৈখা নোনবা অমগুম্না লৈ। মুপা মুপী চপ মান্নে, মীনি। মুপানা ভস্বা থবক থুদিংমক মুপীনা ভমলে। অস্থবু Right মান্নরে হায়ছুনা ওস্থোক ওনশিন তৌবা য়াদে। লাইনা থাবনি। মুপানা মুপাগী থবক তৌগনি। মুপীনা মুপীগী থবক তৌগনি। কনাগুম্বা মুপীনা অর্থ লাল্লা লৌবদগী মশাগী কাল্লবা মাঙই। অহল লমনগী পাওরোদা, শগোল হুরাই উতিংস্থ থোংবা, চক্ক মৈস্থ য়াংবা, অঙাংস্থ থেম্বা পেমা অস্থগীস্থ মথক্তা মুপীগী য়ুম্নাক অলুগী মথেল য়াওরক্তবা নত্তে। মুপানা লম হেল্লগা জেল; মুপীনা লম হেল্লগা লমজা পুগনি হায়নরিবনি। পুকচেল খোইজেল তিল্লনা, মত মাল্লনা লৈমিল্লবনা খ্বাইদগী য়াইফবা ইমুং ওইখৎলকপা য়াই। লিরি খোইরিবা হায়বসি মুপীগী তোপ-তোপ্পা মগুণনি। মথৌ মশক খঙবনা মুপা অমস্থং মুপী অনিমক্কী অথোইবা গুণনি।

(iii) তাতোন :— হৌজিক্কী মতমসি অউন পোৎকী মরমদা নিংঙাই শংদাম্নছুনা মচি মচিদা ঘটনা থোকপগুম্বা য়াওই। মুপীগীমক্তা আইন কয়া শেমছুনা লৈখ্রে। থবক ওইনা চৎথরকপদি থরা মরাৎলি। মুপাদস্থ পুকচেল পিকপা কনাগুম্বা য়াওদবা নত্তে। মুপা মুপী Right মান্নরে, মুপা, মুপী পুকচেল খোয়জেল তিল্লনা লৈবনা খ্বাইদগী অফবনি। মুপীদি চদা নৌদাখ্রবদি য়ুম পানবগী মপান-মরা চেৎলে জায়নরিবনি। মুপীগী লৈতেং মপুরোইবনা ওই

হায়নরীবনি। মুপানা মতু, মচা, মমা, মপা থাকপগী আইন্না পীরবসু মুপীনা মপুরোইবা শোক্লবদি য়েংশিন্নবগী আইন লাকনি চৎনবীনা মরুনি। অক্ষবনা পুম্নমক্কী অক্ষবনি।

(iv) ইনাওতোন :— ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর শ্রীরাজিব গান্ধীনা শ্রীলঙ্কাদা লৈবাক্কী বাথোকশিং তাইশিন্নবা চৎলুবদা শ্রীলঙ্কাগী ঈশিং লান্মীগী সিফাই মচা অমনা তাং ৩০। ৭। ৮৭ ইংগী শগোলশেল মুমিত্তা ইকাইবা পীখিবসি মৈনা ঈশিংনা চান্বদা কোক্ল-রোই। করি পেন্দবা লৈবননো। মন্ত্রিনা মিৎলম-নারম শিংহৌ-বদগী শোয়দবনি। অদুবু ওইথংবা লেংবান্দা নোংমৈ বটনা শুরকপদা থরদং শোকই হায়নৈ। মী অয়াম্বনা নিন্দা তৌনখি। মীতেক-মীরৌ খওবা, মীশিং-নাশিংবা মীদি অক্ষবতা ওই। অহল-লমনগী পাওতাক্নি।

---

# লৈশাংথেম লাইরেম্বীগী

## মরুওইবা থৌরম পরেং খরা

থৌরম হৌগদবা মতম :— ফাইরেল থাগী অহৌবদগী শজিবু চৈরাওব্রিবৈগী মমাংদা লোইগদবনি :—

১। থাবাল অফবা (লাইচা) য়েংহুনা লাইনা ঙান্নু, খুন্নু, য়েন, ওক চাবা, লৈবাকপোকপা নুমিৎ অফবা য়েংহুনা চনৌ তংবা হৌগনি। থৌরম অসি লৈরং অচৌবা ৩ মচা ৬ ফুকনি। মফমদি পিশুম থোংগী মখা থংবা নম্বুল তুরেলগী নোংপোকথংবা তোর্বান, থোংদগী ফুট ৪০০/৫০০ চথরগা ফুকনি।

মুমশকৈশদি লেপকনি।

শগোলশেল নুমিত্তা লাই মপান্দা লেংথোকনি। শাগৈগী মৌ, পিবাগী মুপীগা লোয়ননা শিত্র লৈতবা শাগৈগী মৌ ৪ গনা তঙ্কোও হৌনবা য়াম শুগনি, মৌ ১না য়াম নিকনি, পুন্না মৌ ৫ নি। য়াম শুবা লোয়রগা মৌ ২ না ইরাং পুন্দা ঈশিং শোকনি। মাইবীনা লাইমাং ফমগনি। মুমিদাংদা তঙ্কোং হৌগনি। ফৌ উমিনা য়ু চফু ৫ নৈগনি।

৩। ইরাই নুমিত্তা মুমিদাংদা কংলৈ চোংগনি, মতুদা শাগৈগী মৌ অনৌবীশিংনা লাইমাংদা চরু ফুদিত্তা ফমহুনা মৌ অহন্না হান্না মশা মশানা হৈজবা ইশৈ শকনি অমগা অমগা ইশৈ মান্নবা য়াদে। ইশৈগী অরোইবদা দে তাগনি। মৌ ওইনা ময়ুম পান্নকপা মুপীদি

চহি অমদা শকনি অসি নত্তবা মৌশিংদি চহি ও লৈরগা শকনি। লৈম শিজ সনাদি ইশৈ শক্তে।

মুমিৎ অসিদা লাইমুংদা অচল-লম্মন পিবাগা লোয়ননা তিনগনি। ইমা, ইবেল, ইচল, ইচে, ইনে-ইন্দোন নিংডোল মৌ শুনা তিনগনি। পেনা খোঙবনা লাইরোন শকনি। মাইবীশিংনা শাবৈ য়ুনৈবনচিংবা ভগোয় শাগনি। লাইতোংতুনা লাইপাউ চেনগনি। শাগৈগী মৌশিংদা চৎনবী থকশি-খাশি উহনগনি। অয়ুক্তা কবোক চাইনবা পোকনি।

থাংজ মুমিত্তা কবোক চাইগনি। কবোক চাইবা হায়বদি ইরাই মুমিৎকী অয়ুক্তা পোকপা কবোক অতুনা য়ুমজাও লাইরেম্বী, নিংথৌ, মহারানী, মাইবা, মাইবী লোইশঙদা মখোয়-মখোয়গী শরুক তম্মী। মরমদি নিংথৌ লাইনি।

## খোঙজাইবা

৫। কবোক চাইখ্রবা মতুংদা অরুবা মুমিৎ য়েংতুনা খোঙজাইবা তৌগনি। মুমিৎ অসিদা অয়ুক্তা শাগৈগী পিবানা খোঙতুনা চাকঙান কৎকনি। নুংথিন্দা লাইরেম্বী মপান্দা (মাঙোন্দা) লেংথোক্কনি। শাগৈগী মৌ ৫না য়াম শুবা নিকপনচিংবা তৌগনি। য়াম অতুনা তল হৌরগা লাইরেম্বীদা কৎকনি। লাইমাও ফমগনি। নিংডোল মৌ কাংথিরা কাং শাম্নগনি, কাক, কাক শাম্নগনি, কাউথ্রেম্বী শাম্নগনি, কে-ক্রে কেক শাম্নগনি, শরি লিৎকনি, শরি

হনগনি, নিংভোলগা মৌপা খৌম্নি চিংনগনি, মুপীশিংগী লমজেন তাম্নগনি, য়াংকোক শা ফাগনি। "হয়াউবা য়াই।"

## লৈথিদ্রবা পিবা খরগী মমিং

১। লৈশাংথেম যাদব সিংহ

২। " প্রেমানন্দ সিংহ

৩। " চন্দ্রমুখো "

৪। " তোমচা "

লৈশাংথেম মনিহার সিংহ।
( পিবা )

লৈম্নি-লৈরিবা মকমদা য়ুমনি, পোরকম লমদগী য়ুম্না ম্বর্গদগী হেন্নি।

## হিয়াম্বা

নোয়োতোন শানৌজাম্বা—( খ্বাই তাবা )

মচা-মগুশিং মণিপুরগী চহি ( ভরেৎ ) খুনতাকপা, অয়া লান-গাইবদা চেন্নখরে।

## শাগৈ লৈকম ( চাদ-নাওদাখিবা )

১। শিংজমৈদা খরা লৈ।

২। ময়াংইম্ফালদা খরা লৈ।

৩। অয়া ( বর্ম্মা ) দা খরা লৈ।

৪। হৈঙাং অমস্থুং থৌবালরোমদা খরা লৈ।

৫। খাংমৈবন্দা খরা লৈ।

৬। কাছার জোয়পুর, জাল্লোতানদা খরা লৈ।

৭। বিষ্ণুপুর লমাংদোং অমস্থুং নারেং কোনজিনদা খরা লৈ

কোয়চাই চাইনা লৈনখি, লৈকম হোংবা য়াই। শাগৈদি খংনবা কৈ। য়ুম্নাক মান্নবস্থু খংনবা কান্নৈ। খংবু খংনরবদি "ফু" কাইনৈ।

## পু ৩ ( অহুম )

লৈখিদ্রবা

১। শানৌজম পামজৌ সিংহ

২। " থৈবোং "

শানৌজম অমুবা সিংহ
পিতা ( অপোকপা ) তোম্বা
শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই।



## অইবগী ফোংগ্রবা লাইরিকশিং

১। অহল-লমনগী পাওয়ৌ, প্রমান-পান্থে ( অহানবা শরুক )

২। FOOT DRILL ফুটড্রিলগী চাওরাকপা হিরম খরা

৩। অহল-লমনগী পাওয়ৌ, প্রমান-পান্থে ( অনিশুবা শরুক )

৪। অহল-লমনগী পাওয়ৌ, প্রমান-পান্থে ( অহুমশুবা শরুক )

৫। অহল-লমনগী পাওয়ৌ, প্রমান পান্থে ( মরিশুবা শরুক )

প্রেসতা লৈরি।

## লাইরিক ফংফম

১। সরস্বতী বুক হাউস, শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল

২। মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বাজার ইম্ফাল

৩। ষ্টুডেন্ট ষ্টোর, পাউনা বাজার ইম্ফাল